"Prithivi Nangshu Hingngu" a book of Manipuri short stories, written by L. Nilamani Singha of Gournagar, and published on 13th April, 1980.

অহানবা কোঙবা :- ১৩ এপ্রিল, ১৯৮০ ইং

কপি :- ১০০০ ( লিশিং অমা )

মস্কম :- আর্য্যজ্যোতি প্রেছ, লঙ্কা ।

মমল :- লুপা মরি ।

ফংফম :- মণিপুরী লাইরিক য়োম্বা-শং অয়াম্বদা

মখুম য়েকপা :- খগেন

মখুম পুথোকপা :- তরুণ

অনিঙবা খুদোল

# পৃথিবী নংস্থ হীংঙু

ৱারিমচা

লাইতোনজম নীলমণি



মনিং থুংজদ্রবী

ঐপ্রী লৈবাকলৈমাদ

— নীলু।

# হীরম-লমায়

# ৱাহৈ খরদং

পৃথিৱী অসিমক চাউৱবা শান্নবুংনি। ঐখোয় লোইনা শান্নমচা ওাক্তনি। লাকপদা থম্মোইদা আশা কয়া লোৎতুনা পুৱকই। অতুওৱবগী থম্মোইনুংদস্ত নোংদম্বগী লৈশেম্লুং অমা তোপ-তোম্না লৈ। মীওইবনা ওহাক লৈতনা ৱাকৎচৱগা নুংঙাইবা ফংই। মনিং খজিক থুংওক্তবদা পুন্সিতু অয়েম্বদা মাংখ্রদরা খন্দ্রনা তেংথাজে, শিদনবগী য়াম্না কন্না হোৎনৈ, পুন্সিচুপ্পা হীংহন্নিংই।

"পৃথিৱী নুংস্ত হীংঙু" মখোই অতুগী মরক্তা অমনি। কন্ননাগী শাযোম্নি। অৱা মৈশাতনা শ্রু-শ্রু নৈহৎতুনা পৎ-পুমগদোৱবা কৈশুমশংগী বন্দীনি ঐগী কন্ননা।

ৱামৈবু উৎনা কুপতুনা থম্বা ওমদবাগুম মীওইবনা অৱা-মৈশাবু লোৎশিন্দুনা থম্বা ওমদে। নোংমদি শোইদনা পীৱাং শিম্বনা কন্নকই। মদগী পীৱাংনা পাউদম্নবা থোদোক খৱগী ফিদমনি।

ফোংদোকপনা মীওইবগী অৱাব খরদি কোকই চায়বসে ঐনা যাম্না থাজকই। থম্মোই কান্দনা মৈচাক

হৌংনিংবগী মমি উৱক্তু্‌বদা, ঐগী কল্পনাগী মীৱেল্লা. খক্তিক মতেং পাংব ঙমদ্রুনা, ৱাখল পল্লোন নীংখাইহল্লগা নুংশি মীৎযেংদ চৌংশিন্নীবা ঙস্না মতম, ঐগী অৱামন খৱদি কোকপা যাই ।

মদ্রুগীদমক সাহিত্যগী লৈকোলদা লিংখোকপগী মতিক চাদ্রমকস্ন্ থম্মোই ঈথিনগী কাঈনা ঈহৌব্রু পাউদম্লিংলুবনা ময়্‌মগী পুৱা খাদ লাম্লোকচক্ৱে ।

“থৱোই অলাম্বগী মীকপ,” “খাংউখকী শীঙেল নাচোম” হায়বা ৱাৱিমচা অনিসি “নোংপোক মৈৱা” হায়বা মেগাজিন্দা অমস্তুং “ওমচাক্লববা থম্মোই” হায়বসিনা তেখাউ লোনগী মেগাজিন “আগমনি”দা হান্ননা ফোংজখ্রবনি । ঙাকপিগনি ।

গৌৱনগৱ

১০।৪।৮০ ইং

শ্রীলাইতোঞ্জম নীলমণি সিংহ

# পৃথিবী নংস্বু হীংঙ্

নোংঙাম্বদগী তাইবং থুংনা চৎলুরবা কোরৌহবা রারক্লভুনা পোৎথাগদগী চেপথবা হৌরক্লে। কাহৎলবা মোংফমগী মৈথু থবদি অতিয়া লামগদগী তৌরকই। তরেৎলক হন্না কোঙ্গরগা চখৎতুনা চাকখৎলকখিবা মৈরিনি।

মোংফমদগী কাখৎলক্কুনা লুজ্রথোক্লগা মকি মরোল শেৎচিনখিরে। মনেমচাগ বর্গির শুনবগী মীকুপ অমত্তা শংখ্রিদবা ইন্দ্রকুমার চৎলুখিগে হায়রম্লগা শঙ্গোইদা ফম্লিবা সিপাইশিংতুগী মনাক্তা চংশিল্লকই। মথুং অনি তিংথোক্কুনা হেগুকপ হুকচিলহল্লি। তুং মাং সিপাই অনিনি। নাকন্দা ডারোগা অদু চৎলকই। তপ্না তপ্না চখৎখিতুনা থোঙ্গাল রাংমদা লৈরিবা জীপ অদুদা তোংখৎলকই। কৈশুমশংগী অমম্বা কাতুদা শুম্লনবা জীপগাড়ী অদু অতুম্বক চেনখিরম্ম।

য়েনখাদগী চেপথনা য়েংতুনা কপাহৌই লক্ষ্মীপ্রিয়া। কাম্নদ্রবনি খংই। অতুবু শিন্থরক্লিবা পীরাংতু খাম্বদি খক ঙমখিদে। তৌফম খংক্কুবনা মমা কৌতুনা কপ্লকই।

পৃথিবী ঙাম্লম্বদগী মম্লকই। অমুকস্থ অতুম মম্লম্বদগী ঙাম্লকই। মহাকীস্থ অতুগুম্বা মঙাল ফনা লেনবগী মত-

মতু নোংমদি শোইদনা থুংলকপস্তু য়াই। আশানা হিংবগী পাম্বৈনি। নোংমগী তংতনা বৃন্দাদেবী মখোংদ বল্লিৎ কৎতুনা মপুরোইবগী মথৱাই মঙ' মখুবাক্তা নিজংম্বা লক্ষ্মীপ্রিয়', করিমত্তা পাউমেন্নবা ঙমদনা থাদোকখরে ঈশিং য়াউম অমাফ'ওবা মথাযাক্তা তাহনবা ঙমখিদে মশিদগী তেন্ন' চাকপ' মৈচাকপু তাইবং কনান নংলিগদগে ?

অমুক্তং উন্নবদি খন্দনা অসুক্কুইবসে ঙাযরকপনি। চক্ষী অহুমগী মতুং লাক্রম্মে। অদুব থম্মোইগী মৈরিদা ঘী হৈজিল্লম্মগা অমুক হনগী মমোন্দা শোন্নকই "পৃথিবী নংস্তু হীংঙ্, ল'ইবকথীবী নুঙ্গা ঐগী ফীদম পোদুনা।

নোংমগী ত্রিন সন্ধ্যা ক'ইদনা লাইনিংলিবা ইন্দ্রক-রনি। মীপুমগী থম্মোইদ লৈশেম্বগী মবুংঙোনা ঙাক্তু-ইরিবনি থনন্দগী চপ মান্নবা যেংলম্মী। কৈকশুমশং দ লৈরকপা চক্ষী অহুম হাযরক্লে। মহাক্কী লাইনিং উবদ' মযান্ন' করেম্নরকই "অসিগুম্বা ভক্ত অসিন করম্না ফাদোক তারক্লিবা ?"

মহাক্ন খুম্মী - "ঐদি ভবান্ন নত্তে লাইবক্তা মসিগী চাক অসি অমুক্তং চ'রকখো তমখিদনা চাব লাকপনি।"

ইন্দ্রকুমার অঙাং অনিগী মপানি। মচানুপী অহন মঞ্জরী অমস্তুং মচানিপা অতোম্বা নবকুমারনি। পুন্সি লে'ইনবী ওইরিবী লক্ষ্মীপ্রিয়া মমিংতা নত্তে, তশেংনা থম্মোই শেংনা, লমচৎ নাইরবী তাইবংগী লক্ষ্মীনি। মপুরোইবগী খোংথা'

যাম্না কুপ্না থংশিন্দুনা চৎলিবী ময়জানি। অযুক তুম্না খোগৎপা খুদিংগী নপুরোইবগী মনাক্তা চংলগা ময়াইবক অতুম্নক কৎতুনা খুযাগী ঈফুম মাকোক্তা থাপ্পী। নুপী ওইবীগী হৌনবী লোনচৎত। কবিমত্তা কাইথন্দনা চৎচবা ভুম্বদগী নপুরোইবনা মাযপাকপা ঙমি।

দশাগী মনাইদি খোংথাং খুদিংদা খুগো থাংহনা অতুম্নক লৈ। খজিক্তং খুদোংচাব ফংখিবদা মাগী মনিং মথা তম্না মীওইববু ওৎ নৈবী।

ইন্দ্রকুমার মচিন মনাউ মরিগী মরক্তা খাইদগী অহন্নি। মনাউ নিপা ভুবন অমসুং মচন নুপী সখাগা চাউবীগনি। মচন অনিমক থাজখরে। মনাউ নিপা অতোপ্পা ভুবন মযুম পান্দ্রিদ্রে শিংলবা নপুরোইবা ভাক্তনিনা মচনশিংগীদি বারমদে মনা লৃষ্ট্রাবী হন্নুবী ফাভিল্লক্র মশাস্থু অতুক্কী মতিক শোল্লক্রে। মমাগী খন্নদা বাদবা ঙমদে। মহাক্না লোইনা কাউথোকপা ঙম্লবসু অরাকমদা লৈরি হায়বা অসিমদি কাউরমদে। মতুগীদমক অককুরবা থোদাং ওইনা চহী তরেৎকী ন্নমিৎ অতু লাকপা ঙাযরি। মতম অতুদা মাগীসু ফাদোকশং অসিদগী নীংতম্বা ফংলগনি। অহিং অথেংবদা অতিযাগী থরান মরক্তা থোকপা থাক্ত যেংলগা পাউমেল্লকখি— "হে পৃথিবী নংসু হীংউ, ঐনা কৈশুমশংদগী থোরকপা মতম অতু ফাউবতদি।" কপ্পগী মপাঙ্গল লৈরক্তহুনা পীরাং শিংদো থাক্তগী শকলোন্দ শিন্নখ্রে।

ইন্দ্রকুমার মী হাৎলুবগী দগিনি। হৈ-শিংলবা মশেন্না হাইকোর্ট ফাওবা কেস শোক্লববদা, চহী তরেৎ ফাদোকশংদা লৈতবা য়ারকখিদে। চযোল অদুগী নুমিৎতা থোক্লগদবা তক তক তকেন তহেন্না থাজগী মকা ল'ম্লবা শকলোন্না মহাক্লা মযেক শেংনা যেংনিংলম্বদগী কৈগুমশংগী শুক্রা কা অমদা থুপচিন্দূনা লৈরি।

সুবল-মখোইগী লৌথংনবা যুম্ব'বম্নি। মচিন মন্নাউ কনা লৈরমদে। মচা নুপী অমগা মচা নিপা অহুমগনি। অহনতু চহী কুন শুরে। অতোপ্পা অচুনা চহী তরানিথোই-তমক হাযরি। মচানুপী থাজখবে। মমুম মকৈ য়াম্না ফরি। যেনাকখুন্ননি হায়দবা ঙম্লোই। অদুবু মহাক্কী নাপলনা নোংম নোংমগী মথোয় কারক্নুনা অসুম অসুম মা টংশিংনক্লুকতু লৈকাযগী কনানসু যেংনিংলমদে অদুগা ইন্দ্রকুমারদি মীগা খংনা চেনবা, মীনম-নমথাক তৌবসে শুপ্নগী হৈনদে।

সুবলগী মপাদ ইন্দ্রকুমারগী মপান লৌ পরি অমা য়োল্লম্মী। যোন্থাকপদা অংম্বা মতমদা হনজৌ হাযনা হাযবীরম্মী। অতুতা নত্তনা লৌফম অতু মখোইদা অতুম্মক উহন্দুনা পীজরম্মী। যুম অনিগী মুংশিন্নবা অসিনি হায়নিংঙাই লৈরমদে।

অহন অনিমক থুপখরে। সুবল অমসুং ইন্দ্রকুমার যুম অম্মমমগী মপু ওইরে। চহী অনি হায়গ্রবনি সুবলনা ইন্দ্র কুমারদা লৌফমতু উহন্দবা। ইন্দ্রকুমার মীগী মরৌনিনা

করিমগুা বা.ৱৌৱমদে। চহী চহীগী লৌৱি শিংয়া অতুম্মক তানশিল্লকখিড়ুনা ইন্দ্রকুমারগা লৌফম পিকশিল্লক্লে। মতুগী কযারকনো স্বৱলদা ৱাকৎচরুবা । অৱেম্বনি খংগুক্লহুনা লৌফমহু হন্দোক্লবা যাম্না কন্না হোৎনৱকই। স্বৱলনা লৌ হুম্বা যারমদৱনি। অতুবু ঈকাইনাথ'দা লৈকাইগী অহনশিং খোমতুনা তাম্নরকপদা চৎলিবা মমলদা হুম্বা হায়তুনা শেন গিনবা হৌৱকই । লুপা চাম্মগী চাশিংদি লোইথোকপা ঙমখিদবনা খৱনি পন্থবা তারম্মী।

মতম কনাগীসু ঙাযবীয়ু য়াবিদে। অস্তুম অস্তুম কাউ-শিনখিবনা লৌহোন হুম্বা মতম য়ৌৱকখি। ইন্দ্রকুমার মশা মগন্তান ঈকায়ৱক্লহুনা লুপা চাম্ম অতুগী লৌ ইজাৱা লৌৱো হায়জৱুই। স্বৱলনা যাম্না শাউনা ঙংখৎলকখি। লৌ অমত্তা পিৱৱোই পৈশা লৌশিনখিবা অতুস্থ পিথোক্লৱোই হায়ৱকই।

উপায লৈত্রে ইন্দ্রকুমার। কনাদ চংজরগা অৱাব কোক্লদগে খৱদা শামদাংফম ফংঙকখিদে। তাঙ্গা অতুমক্লদা স্বৱলনা যেনাকখূগ্নগী হৌনবা খুল্লক্লগী পাঙ্গল কণ্বা নিপা তকক্লী ষণপোৎ নেক্ল‍ুহুনা খোইবা হৌৱকই। লৌফমহু ইন্দ্রকুমারনা হান্নরা আউ পামফেল হুনখিবগী খোম্নদোক্লুনা লৈৱিবনি। মতুগী মথক্লা অমুক্লা ফো খৱা হুনজিল্লগা ষণবোৎ খোয়গৎলকপনি। ইন্দ্রকুমার মাগী মতৌতুদা খাংব ঙম্লক্লৱে।

শাউদবা মীনা শাউরক্লবদি পৃখি ফুকপা ওম্বগী পাঙ্গল থোকই। অফ-ফত্ত খম্বগী মতম অমুক শংদে। ইন্দ্রকুমার মাগী লৌরী-শিংয়া কাদ শোক্লকপগী মৈচাক্লি। অস্তুম অস্তুম মশা অসে ফুনগৎলকপাগুম লৈফম খংঙক্তে।

ত্তাইবংমীনা পুন্সিদা থরাই কংথোকপা ওম্বগী মফম হায়ববু অনিকনি। ফম'ন মতু মচা কানি। অত্তগা অাপম্পা অমাত্বনা লৌরি-শিংরা কানি। করিনো অমদি থোক্লগনি হায়বসে মপুক্লিংদ খল্লকলে।

মতম চাদনা লুজথোক্তুনা তুলসি মখোদ লাই নিপা হৌরকই। শত্রুমদা খংলিবী লক্ষ্মীপ্রিযাদি মাগী মচে। অদদ নীপাইশ্বিরম্মী। নাকথগী যুম্বীদ ডাত্বনা হিদাক থক্লম্বী মমা হনুবীদো তৌফম খংঙক্তুত্বনা ইমুংদ চংখ্নগা ফমুংদ হিপথরম্মী।

মনাউ নিপাবুস্থ কোথোক্তুনা লোশিনহল্লে। মখুংদ খুক্রী যেপশিল্লি। লংনা ফেংহ্বনা থম্বা লুখুমদগী থাংশাং অত্ব, তুলসী মখোংদ ওসাইদগী পুঙ্কা তৌত্বনা থমখিবনি। মরাইবক্তা সিন্দূর নমশিল্লগা থাং অত্ব পাহখংলে ইমুং চংখিত্বনা মমাগী মখোং কোল্লগা মঙ্গল পীনবীয় কাংজরকই। খুযা ঈফুল খরা লৌত্বনা মকোক্তা হাপকংলি। মনাউ নিপাবুস্থ সিন্দূর নম্বিত্বনা শেম শাবিরম্মী।

মপা লৈরিকৈ মণিপুরদগী ওঝা কৌথরক্তুনা থাঙ-তাগী মরমদা য়াম্না কুপা তম্বীরম্বা থাংলোনশিংদো নীংশিংলকই। নোংপোক্তা থোক্লিবা কোরৌবু মথম্মোইদা চীংশিনজৈ। মাবু

ভুম্বীরম্বা ওঝান শোংমা হায়খিবা রাহৈহু মাদি কাউথোক্লমদে—"ইবুংঙো ! নংনা অরাবা ভারকপা মতমদা ওঝান লৈবা মায়কৈন চল্লগা নিংশিংলকউ। মতমচুদা নংগীদমক ওঝান শোইদনা লাক্কুনা নমাং থান চৎকনি।"

নোংগাখ্রবা মপাবুংবু চেৎনা থাগোনজরকই। "ওঝান ক্ষয় ওইরে" হাযনা অমুক্কুং লাউরম্লগা থোক্লক্কুনা লোকম কম্লকই। লৈকায়গী শংনবা কয়াদি করি থোক্লগবা খন্নরম্বনা লাপ্তুরা লৈবুংদ ফমদুনা য়েংনরম্মী।

মী ওইবনা শিনিংবদি য়াউদবনিনা যণপোং খোয়রম্বা নিপাশিংদো যণ লংথোক্লম্লগা মশা হিংনবা চেনখিরম্মী। সুবল নপা মমা অনিভ ভায়হৌরে লবুক্তা। অদুম্মকপু নীংহল্লমদে

নুপী অমা থোক্লক্কুনা কুমৈ ওইনা য়েংনরকখি। কপোমদগীনো ঈখং খংহৌদনা ইন্দ্রকুমারগী থা শাংনা, অদুক কন্না শেন্নরম্লিবা সুবলগী মঙকশমচু মশাগ তোঙান্না লৈমাইথকা থাদরক্লে। মচুগী মতুং মচা নিপা অহন, মনাউ নিপাগ চাইনরম্লিবা অদুদা ওনশিল্লক্কুনা মপাগী মতুং ইলহন্নবা হোৎনরকখি।

মপা মচাগী অশিবা মশাচু নত্তনা লবুক্তা কনা লৈখিদরে। সুবলগী মতুনা কপ্পা চেন্থোরকপা উবদা ইন্দ্রকুমার মনাউ নিপা পুতুনা মযুম চংঙকই। মমাগী মনাক্তা চংলগা খুরুমদুনা হায়রকই— "ইমা চৎলুখিগে, রারমগনু।"

লক্ষ্মীপ্রিয়া মপুন্নোইবগী মনাক্তা চংঙক্লনা মখোং কোল্লগা কল্লকই। ইন্দ্রকুমার কুইনা পন্থবা য়াদে খল্লক্তনা লোয়না লংথোক্লম্নগা মী হাৎলুবা থাংশাংতু পায়তুনা থানা তান্ন চেনখিরম্মী। ডারোগাগী মনাক্তা চংশিল্লগা থাং শিন্নতুনা কপ্লকই” বাবু ঐবু পুম্বীয়ু। ঐ মী হাৎলুরবনি। ঐগী চৈরাক পীদবা য়াদ্রবনি।” মতৌ অসুম্না ইন্দ্রকুমা'র মশামথন্তবু ফাহন্দূনা ফাদোকশংদা লৈবা তাখি।

ঙসিদি, ময়ূমদগী পিরকখিবা টেলিগ্রামগী অকন্বা রা'হ মতুং ইন্না মমাগী অলোম্বরা মতমমনি খংলতুনা ফাদোক-শংদগী সিপাইগা লোইননা ময়মদা উন্নহন্বা থারকই।

ময়ম যৌবগা হেঙকপ থাদোক্লম্মী। ইমুং চংদনা মশাতু শেংনা লুজথোক্লে। বৃন্দাদেবী মখোংদ কাইবা য়াদ্রবা লাইনিংতু মমোন চংনা নিংলগা মরাইবক্তা চন্দোন খজিক থিনজিল্লি। সিপাইশিংদো শঙ্গোইদা ফম্লগা মাগী মতৌ য়েংলম্মী। লৈকায়গী ইমা ইন্দোন কয়ামস্থু মাগী মশক য়েংনিংতুনা লাক্লম্মী।

মাদি কনাবুস্থু খোঁওইদনা অকক্লরবা মতম খরতুগী মন্নুংদ মথৌ পাংথোক্লবা মনিং লৈবাক তাদনা নোম্লকই। খংই- মীকুপ খরগী মতুং অমুকস্থু মখুৎতা য়োহিলং থাংতুনা সোরোক্কী য়াংবীথক্তা চেক্লাবু পোন্দা থমগদগী ফাতুনা পুবগুম শোইদনা পুরগনি।

ভসাইমথৈ ওলাং ওমচারুনা য়েনখাদগী তুমিন লোৎতুন' ল্লংশিজরবা মপুরোইবগী মশক যেংজম্বী লক্ষ্মীপ্রিয়া ইমুং চংখিরম্মী। মতম কুইনা কাঙ্গনাবক্লবগী মতুং অহাম্বা উল্লবনি। করি করন তৌরগা মপুরোইবগী মপুক্লিং পেনখিগদগে থম্বদা মফম শংডক্তহনা নৈশিন্দনা লৈরক্লিবনি।

ইন্দ্রকুমার মমাগী মনাক্তা চংডকই। মমিৎ কুপ্তনা য়েংলগা মচিন্দ করি করিনো থবা মুরুম মুকম শোল্লকই। মত্ত কনানসু শাল্লমদে। ওইরম্বা য়াই—অলোযবা মতমগী মমা মচাক্ত থংনবা অলোম্বা রাই।

মহাক্লা নিংশিংলকই— নহান চৎলমদাইদা মমাগী মখোং কোল্লগা কপ্পুনা থন্নুংদ ডংখিবা রাহৈশিংহু— "ইমা! মরাই-বকথৌবী নংবু! ওক্কুবা নচা অমা ওইবনা ইমাগী ননাক্তা পুন্সি লেল্লু তমখিদরে। রারোগন্নকো লাইরবী। পলেমগী যাথং কোক্তা থোংলগা অস্নুকুইবা লেল্লকপনি। অদুবু ডংিদি শনিদশান মথক মথা ওন্থোকখিবনা ইমাদ হংবা নংদনা ইনিং তম্লুরে। পলেম কাইনৌ তম্লমলে। ওক্কুবা অমা ওইরবস্থ নচা নত্রা? মমাদি মচাগী ডাকপী হৈবীনি। মরম পুন্নামক্তা য়েংশিম্বী হায়বদায়! অফবা মচান মমা মপাবু রাংন থাংগৎতুনা থম্লে। ফৎত্রবা ঐখোয়গুম্বা পোকপনা নংদি লৈকায়গী তমথি মীৎয়েং কয়াদগীস্থ লাপথোকপা ডমত্রে। অপোকপী! নচান লান্দবামক্তা ওইরদি পলেমগী সেবা মতোম লোম্না তৌবা ডমহন্নীয়ু।

তৌইগুম্বস্তং মচিন্দদি কবিস্ত ঙাংথোকপা ঙমখিদে। মুকম মুক্রম শোনজখি হায়বা অতুমঙায়। মহাক্কা হায়নিংবা কয়া লৈয়েংদা অফা অপুনখিদুনা থম্মোই মৈচাক ওইনা থন্নুংদ নৈশিন্দনা লৈখ্রবনি।

মমিৎতগী জ্বর-জ্বর শিন্থরকপা মগী চতুন খবনা মমাগী মখোং চামথোকখিবা ঙসিস্ত শ-শ, উরক্রি।

ঙসাইমবৈ মচা লাকই থংলন্দবা মমাদো মচাগী মীকপ ভাবদা খাংব ঙমদ্রদুনা মমিৎ পাংথোক্লকই। মনাক্তা ফমদুনা য়েংলিবা মচাবু পুন্সিদা অমুক্কা উন্নখিনি খনশিদবনা অনাবগী খুঙ্গৌ থোয়না হেনজিনখিবনি। অলোয়বগী মতমদা অমুক্ত, উন্নবাসিদ কয়াগী হরাউনা তৌরকই। ঙাংব ঙমদ্রবা মচিনদো লেংলি লেংলি তৌরকই।

কুইনা ফমজিন্দনা লৈথোকখ্রবা মীৎলু ঈব্ন মতম চাব ঙায়রম্লিবোইদো। তপ্পা তপ্পা চেন্থরকই। ইন্দ্রকুমার মমাগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রদুনা নোং শোংবগুম কপ্লকই। পীক্লিবৈদগী মমাগী মংস্থাক্ত চাউরকপনি

য়াওন্না ঙনদনা হীপ্লিবী মমাগী মথাদ মকোক থম্লগা সঙ্গা, মচা অমাগুম হিক্রা হিক্রা অমুক কপ্লক্লে। মশাত্থু মমাগা হকচাংগ অমত্তা ওইহল্লকখি।

অস্থকুইবা মচাগী চেংলো শক্তম য়েংনিংবনা লৈফম খংদনা ঙায়রম্লিবী নুজাদি মথাদ মচাবু কোনজবা ফংবগী

নুংঙাইবদা চাং হেনথিনখিদুনা পাংঙক্লরোইদবা মমিৎ অনিডু খংহন্দনা উইশিল্লম্মী।

কম্লাত নল্লাইবক ফগ্রবা ইন্দ্রকুমার। মমাগী পন্সিরমদাই মতমদা মচা ঐ লৈরি হায়না লেপ্পা ঙমখি। মতুদগী অহেন্না মচা গুইবগী করিদি তৌনিংঙাই লৈরি।

মনা টল্লগনি লাক্রগা মংথিবা লাকপাগুমখ্রে। ইন্দ্রকুমার হন্মোই পুনা যারক্রে। মমা কাঙ্গনরে, কনান থংগনি মহাক্না ফাদোকশংদ চহী তরেংকী লাপ্তেংনরিঙৈ অতৈ করিগা থোক্লকখিবা। মশামকম্ব পং-পুমদুনা ফাদোকশংদা অতুম্মক অলোযবা য়াহিপ তানখিবা য়াই। মতু করিম্ব ওইথোক্ত-নিংঙাই নতে।

মপুন্সিদা অল্লা-ন্নংঙাই খুদিংগী শকক য়াগনি লাক্লিবী লক্ষ্মীপ্রিয়ান নোংগোবীগুম মহাক্না লাকপা ঙায়রম্লীবনি হায়বা খংই। অতুবু নুংশিজরবী মহাকীদমক্তদি পৃথ্বি ইমাদ শিন্নখ্রবনি। থাম্মোই শোক্না কপ্পুনা হায়জখি—"হে পৃথিবী নংস্ত হৌংঙু, ঐনা চহী তরেংকী মতম থনম্লগা, নোংমতা মীৎল্ল ঈব্না কংজদ্রবী লক্ষ্মীপ্রিয়াগী মীনোক য়েংবা ঙমবা মতম অতু ফাউবাতদি।"

———

# অতিথি

খোঙদা ছহাক লৈতনা নোম্লকই। ময়না কৌবস্থ তারকই। ইচেম্মা রত্নাগী মখোল মাল্লম্মী। ফুক হৌগৎতুনা থোং হাংদোকলুই। ইচেম্মা রত্না চা কপ অমা পাযতুনা থোংজিন্দ লেপ্লম্মী। মহাক্কি খংলবদা হনজিল্লক্কনা অমুক্কা ফমুংদ তিংথাক্লম্মী।

ইচেম্মান টেবুলদা চা থম্লগা হাযরকই—"চা অসে পবপ পরপ থক্লোক্কনা নমায নমিং তাথোকল্। নোংঙানখিবা কয়া কুইরবনো। নংদি মংগী স্নাকথেলদা পোৎযোম্বীগা পোৎতিক্লহুনা লৈরি। তুম্বা হায়বসিদি শিবা তম্বনি। নংনা করিগী অহুক য়াম্না পামশিল্লুরিবা খংদ্রে। হৌগৎলো। নংগীদমক্তা হৱাগাডী ছায়বীযু যাবিগদবা নত্তে। নোংমদা অমুক্কনি চেল্লিবা।"

ঐদি চা অসে থক্লিংদ্রে।"

"করিগী? করি তৌরগে? নশা সুংঙাইত্রনে?"

"অযুক অঙন্নদা চা থকপবু করিস্থ যাউদবা? পুরুংদ কুরুক্ষেত্রগী লাম্ফম শেমথবদি? মতু ঐনা ঙম্তানদি

ওইগন্নি-দবনি।" —ইচেম্মাদ য়েংলুই। নোকমিবা মায়থোংড মকা লাম্লম্মী।

ইচেম্মা রত্না অঙোবা কুচুনি। ফীজেংকী মশক নাইদে। মশাদ পকাথবা ফী অচুনা অচুম্মক মফজহল্লি। রা ঙাংবদা পুক্নি শুমহৎপা ওম্বদগী তাদুনা লৈবগী অপেম্বা লৈতে। মরাইবক্তা থম্বাল ওইনা শাৎলি ভাংলবা সিন্দূরগী মপাক অমনা। ফনেক্কা মথক্তা খ্বাংজেং শেৎলি; মুমগী নুপা অয়াম্বনা থবক-থনা লোইশিণ্দ মপাঙ্গল কন্নবা শেৎন-নঙুম। চাকখুমদা লৈবগী মনাৎ ওইনা ইচেম্মাগী মশাদ চপ-চান ঙাম্থোইরম্মী অচুম্পুরবা উৎ-রায়গী হামুকনা।

ঐঙোম্বদি ইচেম্মাগী মঙং মতৌ, লমচং ব্যবহার করিস্ত্র অনৌবা নত্তে। অচুম্মকপু য়েংনিংলম্মী—লুহোংলবগী মতুং করি করি হোংগক্লিবা।

ইচেম্মা রত্না ঐখোইগা যুম থংনরম্মী। পুন্না শান্ন-মিন্নচুনা চাউমিন্নরকপনি। মৌউপা নিপা শিথ্রবগী মতুং, ঐবু অচুকী মতিক হায়নিংঙাই লৈতনা লুনা তৌরকখি। ঐনাস্তু মাবু পোকমিন্নবা ইচেগুম খল্লম্মী। লৈকায়গী কনানস্তু হায়বা ওম্নমদে ঐখোই অনিসে ইমা অম্মমগী মচানি।

ইচেম্মাগী মমা হমুবী অমদি মনাউ নুপী পম্মাদগী অহেণ্বা কনা লৈজদ্রে। কলেজতা তম্লিঙৈ মপা শিখিবনি। মতমচুদগী লাইরিক তম্বগী অলোইবা কীজং থাদথ্রবনি।

মনাউ মুপী পম্মা চহী মঙাগী ছাত্রীনি। সংসারগী অরা-অনা কোকথোং মনগম্মা লোইনা থোনগৎকগা য়াম্না রান মী ওইনবা হোৎনখি।

ইচেম্মা রত্না, পুন্সি মথোৎ কাৱকপগী নোংলৈ মুংশিংনা কন্না শাফু পিরকপা মতমদা কোর্টনা চৎতুনা রণজিৎকা লহোংখি। তামো রণজিৎ রেলগী কেরাণী ওইরে। ইচেম্মাসু লুহোংলবা মতুং রেলগী কেরাণী থবক ফংলম্মী। ইচেম্মাগী মকশল্লম্বা মায়থোংদো তৌজিক্তি মীনোক কযাগী মরক্তা য়াউহন্দুনা শান্নবা ঙম্লে।

বিধিগী নোংদম কনানসু খংঙমদে। অদুগীসু মথক্তা নুপীগীদি মরাইবক হাযবা অমা লৈতে। মপুরোইবা ওইরিবা অদুগী মরাইনক্কী ময়ীদা মাগীসু শকক য়াটই অদুম্মকপু মশা মশাগী কর্ম্ম ফৎলক্তবদগী কবিগুম্মদসু মপুন্সি অদু লৈখা তাহনখিবা য়াউখিদবামক্তি নাতে শম্না হাযরবদা ইচেম্মা তৌজিক্তি মুংঙাইজরে। হরাউ ওয়াম লৈবা ঙমজরে, মশাগী তৌবমলনা কনখিবদগী; তরু তাহেন লৈবনা মতৈ-মনাউ অনিদগী তমজফম ওইরে।

ইচেম্মান হংলকই "করি চানিংই হায়রোদনা। নং ঙসিদি ঐখোইগী অতিথিনি। অতিথিবু নুবুক পেলহন্না ঐখোইগী ঈথৌনি।"

ঙরাং অহিংগী থৌদোক অমা খংনিং নিংশিংলকখি। থোং হাংবগী মখোলদা মীকপ থোক্লম্মী। অহিং পুং অনিরোম

তারমগনি। পৃথিবী শিন থুংনা অচিকপনা শান্নরম্মী। লম্বীগী নাকন্দা লৈবা লাইটপোষ্ট অমদি অহিংগী মকু নত্তনা করিস্থ মনিল তারমদে। শেংলবা অতিয়া নোংনা কুপশিন-গদগী চৌরম্মা। মরক মরক্তা নোংথাং কুপ্লকই। পিতিং পিতিং লাউবা নোংগী নোংলিক্লা, চৌক্রবা অহিংগী অমম্ববু শোগায়রম্মী। লম্বীগী ডুই, যুমলক্তা চেনশিনখিরম্মী। অতুন্নামক ওইডুনাশু পিক্রবা লামডিংবুদি অমম্বগী মখয়াক্তা চংহন্না ভুন্নমদে ইলেকট্রিক থাংমৈগী মানুংশীদগী।

পুন্সিদ মফম অসিনা লাকপগী হন্দকী তসিনা অহাথনি অতুদন্থ অতিথি ওইনা. ইচেম্মাগী লৈফমদা লাক্লমদ্রবদি কনান খংগনি ঐগা পুন্সিগী শক খংনরমদবস্থ।

ঈশ্বং খংহৌদনা ইলেকট্রিক থাংমৈ চাক্লকখি। থোংজিন অনিদা মী অম্মমম লেপ্রম্মী। মথুংতা খুৎলায় পায়রম্মী টকখদা ইউক ভক্রুরে ঐদি। করিগীনো খংনিংতুনা তুমিন লৈরম্মী। ইমুংদ করি লৈবগে কোয়না যেংলকই—য়ান্না চেৎকশিন্না। রা অমত্তা ভাংনরমদে। তুমিন তুমিন লৈনরম্মী। ফনা কুইনা থিতুনস্থ করিমত্তা ফংলমদে। উপায় লৈত্রতুনা ঈমুং চংথগা থোং লোনশিনখিরম্মী। ঐদি তুমথগে হোৎনবতু অরেম্বা ওইরকখি।

মীকুপ থরগী মতুংদ ঐস্থ মখোল অমা তারকই। ফমুংদগী হৌগৎলগা তুমিন্না কোয়য়েং য়েংলম্মী। করিস্থদি উরমদে। মখোইগী থোং অমূক্তা হাংদোক্লকখি। হান্নগুম

খুৎলায় পায়দুনা থোং অনিদা অম্মগম লেল্লম্মী। ঙসাইগী মখোল অদোমদ মনা থাংগৎতুনা তাৎম্মী। মখোলছুতশেংনা খংহৌদ্রবস্থু হুরান্বা চংবগী নাশোন ওইনা তৌখি। মখোই অনিগী মতৌ মকুমদগী খংহন্দনা য়েংলম্মী।

চাকশং, ষ্টোর রুম লোয়না মথং মথং লাইট কপ্লকই। মী অতৈগী নাশোন তাব ফংখিদে। যাম্না নীংঙমদনা উৎকই। ইচেম্মান মখোল থোকনা হায়রকই "কদাইদনোনে ? করিস্থু লৈবা উদনা ? ভূত চংঙক্লবা জ়াৎলা খংদ্রে, অহিং অথেংবা অসিদবু ?"

তামো রনজিৎনা খুম্লকই "ঐস্থ খংঙক্কে। হুরান্বা ওইরবোই খল্লম্বনি। হঞ্জিন হঞ্জিন খিত্তুনস্থু ফংবা নৈখিদ্রে। অঙকপগী মতৌনি। অস্থুন্না নোংমতস্থ থোকখিদ্রি।"

"হোয়নে ! ঐস্থু কিরুরবনি। খল্লুই করিনো অমদি শোইদনা তৌরম্লগনি। চৎসি তুম্মুরসি। রতন্না তারবদি কিহুনা পাখৎলনি।" ইচেম্মান শমদরকখি।

"ঙহাক্তং ঙায়খোদনা ! অহুক য়াম্না ঙায়মঙদ্রিবা করিগীনো ? করিনো হায়বহুদি খংদোকখিনিদনা। নত্রবদি মতৌ অসিদবু তুম্বা অমুক য়াৱকখিদ্রনে ? নাকোং থাংগৎতুনা করি তৌরকপা তারিছৈ নোং ঙানখিবনা হাল্লক্লনি।" তামো রনজিৎনা খুম্লকখি।

লাপ্পা লৈবা বেহ্নভগী পুং অহুম তাবগী য়ৈরকপা কাংশি মখোলনা নোংঙাল্লমদাই য়ৌরকদবা য়াম্লকত্তরে তাক্লকই। চপ চান পুং অনিঃরাম চংগ্রবনি। অদুবু তামো রণজিৎতি খক তঙ্গ তারমদে। খনবু খনগ্রবদি তৌদ্রিবমখৈ তোকপা মী নৎলমদে। ইমুংদা চংনিংদবদগী মখুৎতা টর্চলাইট পাযদুনা য়েনখা-য়েংখুন কোয়না য়েংসঙ্-কই। ঐদি ফমুংদা চংদুনা হিপথরে। ইচেম্মাসু ইমুং চংখিরম্মী।

"তারিবরাও নংবু! লাক্লো হায়মি? কয়া কুইনা লৈখিদৌরিগে? তরেম্বদা তুম্বা থুগায়রগা করি কারগি।" ইমুংদগী কৌরক্লম্মী ইচেম্মান। ইচেম্মাগী ওাংব লোইফাং-ত্রিঙৈ তামো রণজিৎনা লাউরকখি—

"মম্মা! পরপ পরপ থোরকউ। য়েংহৌরক্লো য়েক্লবসে। য়াম্মা রান ফারবনি। ঐগী মীৎতা ঈকুল চায়রম্লগা কদাইদবু লিৎতুনা চৎপা ঙম্মী হায়বগে?" চৈগী মখোল কয়ারক তারকখি। মথন্তান ফুত্তুনা হাৎতোক্লম্মে ইচেম্মান য়েংনিংমনখিত্তুনা নক্কম খংদনা চেম্থোরকখি।

"চুম্মীদনা! অস্তুক চাউবা উর্চিদি, পোকঙৈদগী অমুক্তা উখিদ্রি। লাই হৈরুক চাব লাইগাংদ লাক্লম্মীবরা কব্রিনো? পোলোয়দা মথরাই থাদোক্তবা ঙমখিদরে—নংগী নখুত্তা। নংসে নপাঙ্গল কন্দবামক্তি নত্তে। য়েক্লবা চেনখিনবগী মতম থক্তিক্তা ফাউবা পীবিদবনি। মীৎয়েং অমত্তদা য়েক্লবনা

নশাবু অলাম্বা শিজজুনা মথরাই কৎথোক্লে।" অনিমক পুম্না নোক্লম্মী। তামো রণজিৎনা খংলম্মী—ইচেম্মান মতম খুদিংদ মাগ রাম্বেম শুনবগা নুংঙাই হাযবা। মতুনা করিমত্তা নারোবা তৌরমদে।

"রত্না অকনবগী মপাঙ্গল, মরোশিং নশামক্লা উরে। তৌজিক করিনো খরদি অরামন তৌরোদনা?"

"হোয়নে হোয়নে! ঐস্ম খল্লম্মীবনি। য়েক্নবগী মতৌ য়ংলিংই লোইনা কাউথোকলুরে। হান্নবা মদু খংজুনা পুরক্রবনিনে।" ইমেম্মান মখুৎ তিংথোক্লুনা করিনো অমা পীগদগী তৌরকই।

"করি পোৎনোনে? কান্ন অমুক্লা য়েংখিগেদনা?"

"যাররোই! য়েংহল্বা যাব পোৎ নত্তে।" মখুৎ খুডুম চল্লিবদো হাংদোকলমদে।

কায়নাথংদা তামো রণজিৎ তিংথোকপা তারম্মী। তিংথোকলক্লিবা মখুৎ মচা মঙামক পুম্না পাম্বশিন্দনা থাংগৎলগা চুপলম্মী। ইমুংদ চিংজুনা পুশিনখি। থাংনৈ চক্লম্বা মুথৎখরে। মদুগী মতুংদগাদি ঐস্ম তুমথখিরম্মী।

খংহৌদনা ঐনা হায়দোকলম্মী—"অহিংচুপ্পা মাশিং খাংজুনা লেনখিবদা ঐস্ম খজিকী রাখিদে খনত্রা? মদুগা অরামন খরদি আশা তৌবা য়াদ্রনে?"

"হিঃ হিঃ লাউনা নোকথোক্লকই ইচেম্মান—" নংবু পারিত্রাও! চরাং অহিং নংগী লীলা য়েংবদা তুমদবগা

অরামন রুপন্নাস্ত ভালক্লি। হন্দমৃকতি নংনা অদুম্বক পিথরো। মাবু করম্না পেলহনগবা ঐদি খংদরে।"

তামো বর্ণজিৎনা মাগী কাদগী ঐবু শৌগৎতুনা ডাংলকই— "চুমদ্রনে মান হাযরিবদো। করি করিনে মরা পরপ পরপ তৌবিনবা হোৎনগেদি হাযদ্রতুনা।"

ইচেম্মা নোকমি নোকমি চেংতুনা চাকখুমদা চংখি। চা থক্তোকলগা লুরক্লে। তামো বর্ণজিৎস্তু ঐগোন্দগী হান্নবা লোযশিল্লম্মে। চাকশংগী চাকচাফম কাদ তাম্মে পা ঐগা ফম্লম্মী। তামোনা ইচেম্মা তানবা লাউরকই — "করি তৌরিগে? মাগী চান-থক্লবা কদাই? কয়া কুইর-বনো নংগী লাউবা তাদুনা লৈরক্লিবা? ঙহাক্কা পোৎথাব কংহনখিদ্রগা? চাকখুমগী মী চাকখুমদা অদুম্বক পৎতুনা লৈরবরাও? নশাগী আশোইবদি খংজিন্নরিরোইদো?

রা ঙাংবা লোইফাৎতনা তুমিন লৈখি তামো রণজিৎ। মায লৈথোকতুনা যেংথোকখিবদা, ইচেম্মান করি করিনো পুথোরক্লগা লেপ্লুনা লৈবা উরকই। ঐনা হংলুই— "করি করিনো অসিদি। অম্বক যাম্বা?"

"কাউরবরা? নংনা ঙহাক্কী মমাংদা হায়খিবদো— পুরুংদ কুরুক্ষেত্র ওইরকখিগদৌরে। মদু ঙাকথোক্লবগী লাম্বী হান্নবা নবুক্তা থাজিনখো।" মশাপুম্বা জগোয শাবঙম হায়থনা নোক্লকই ইচেম্মান। ঐখোইস্তু নোক্লম্মী ইচেম্মাগী মিনোকী মরক্তা উবা ফংলম্মী অঙাং ওইরিঙৈগী

শেংদ্রবা শকলোন ।

চাক চাব তোক্লুনা মৌগৎলক্ষ্মী। ওসায়না ইমুংদ চংখিবা ত'মোন লাউরকই— "পুং তক কমথাইদনি হান্নাগাড়ী।"

ফীরোল শেৎচিন্নে। ইচেম্মা কা-শেঙ্গা পুন্থনা চংওকই। ইনাক্ত ফম্নগা ব্লারি কায় শাব্রকই। ব্লা ওংলম্বদগী লেপথোকথরে। ফীজিনগী লুপা কুনচৎপী নোং অন্থু পুংখাক্লগা ঐগী পুন্থ হংকই। মুণ্ডাইশিরোই খনবদগী লুপা অদো লৌশিনগে তৌরম্মা। খুৎ হাংরোক-তুনা যেংগে তৌরকপদা মমীৎতগী নীংওমদনা তারকখিবা মীৎলু ঈব্লা অনি মব্রিদংনা নোটকী অঙোবা মফম অথু চেংৎহল্লকখি।

ইচেম্মা কপ্লম্মে। ঐগী নাগী মতৌ অতুদা কপুনা লৈবা ওমখিদে। শক্তিবুগী নোংনা য়াংগংলবা পৃথিবীবু খজিক্তংদা মপুক্লিং পেনহনরুম, কাঈনা মৈচাক্ল থল্লবা ঐখোই অনিগী থম্মোই অনিগী থম্মোই লকা খুদিংদমু শক্তিবুগী নোংলিক ফংবগুম মীৎলু ঈব্লা ঈহৌরকখি।

ইচেম্মান তপ্ন তপ্ন হায়রকই— "কপকনু ব্রতন! নংদি নিপানি। কয়াম্না কল্লি নখোয়গী থম্মোই। পাঙ্গল থেকত্রিবদি মুপী ওইবী ঐখোয়তনি। চহী মণ্ডাবু মায় ওল্লক্তনা লৈথোকপা ওম্মী। নংবু ঐনা ইউপা মকনি খল্লুবনি। খংদে কর্ম্মা বিধিগী লিচিংনো? নংগী নাচেম্মান কৈদৌঙৈদসু হৌগ্রবা স্মৃতিবু কাওথোকপা

ভুম্লোই। অহুনা নিংশিংলকপদ কপ্লিবনি। ইউপাহু লৈরম্লবদি ইচে হোইদা চৎলুসি তায়হুনা নংবু শোইদনা চিংহুনা পুরকদবনি। মরাইবক থিখিবনা ফংখিদরে। যাম্না লাপ্না পুন্সিগী উম্নদবা মকমদা চিক্লা লৈখরে— "মচেম্মা ঐগী খোজেলদগীসু তাদবদা।"

হিক্লা হিক্লা কপ্লকই ইচেম্মা বম্বা। মশাহু চোৎলকখি। য়েংবদা মপিহু মুক্তা পংমং শিবগুম অলংবা কারকখি। অতিথি সেবা তৌনবা অম্সুকুইসি ফনেক ফীজিদা লিহুনা থম্লিবোয়দো।

অকপ অনোক্তী মরক্তা ঐসে য়াম্না খুদোং চারক-খিদে। থম্মোইসে অনিথোক্লা চীংখায়বা হৌরকখি। ঐনা লাম্বা শরুক্তগী করিমক্ত খুম্বা ভমখিদে।

মচেৎ কয়া থোক্লা কাঙ্গৈরবা থম্মোই, অথাং কম্বগা লোইননা চেৎনা খোমজিল্লগা বিদায় লৌনবা হোৎনখি। মোংমগী অতিথি ওইনা লাক্লগা কুমজা কয়াগী লাক্লম্বা-মওল মওল খল্লকখি। পুন্সিদা ভসিনা অহাম্ব উবনি— ইচেম্মাগী মায়থোংদা পীরাংনা শাম্নবা।

খল্লম্মী — মুংঙাইবগী মরক্তাসু ইচেম্মাদি কপ্পা ভম্লি বোয়। মীওইবনা লাকদবগী থম্লে। অদুগুম্বা লাকদবগী রাখলহু হৌখিবগা য়াম্না নক্লবা মরীনি। মরম অহুনা ইচেম্মান মথরাই শোক্লা কপ্লিংখিবনি, হৌগ্রবা স্মৃতিবু কাওথোকপা ভমদবদগী।

ঙরাং অতিং লাপ্পা উবা লাইটপোস্টকী মনাক্তা লেপখিবা মী অদু ৌজিকস্ম অমুবা ফুরিং লিংতুন মফম অদুমক্তদা লেপ্লঃই। মশা অদু নোম থোংপা তৌরমদে। মাগী মনগন্দা — " ঐবু শিজিন্নবিযু " হায়বা ময়েক্তা লানা যেক্লম্মী। চথংলিডৈ মনাক যৌরম্ম খংহৌদরে।

নকশিল্লগদি উবা ফংলম্মী— অতিদ লেপলম্বা মী অদু তশেং তশেং হীংদুনা লৈরিবা ডাস্টবিন অমনি মীওইবনা অঙস্নমখৈ ফংতবা লংশিল্লি। পাথদুনাস্ম মাগী মশাদা লংশিনবদি তোকলমদে। কয়াম্না মীম্নংশি খংদবগী ওং নৈবনো। কযাগী তুকংচবদা সমচৎনো থোংগৎপা ঙমক্তবা মদুমক্তদা হল্লা হেংবগী মতম শংনদে। মশা মশাগী য়েংলিডৈ কনা করি তৌরিগবা খংনদ্রবনি !

মপাঙ্গল কন্নবা অশোনববু, য়েনাকখুনবনা লাইরববু মতম খুদিংমকতা লাক্লদুনতা লৈরক্লবনি, নৈ-নৈদুনা শরবোৎ থকপাঙ্গম থক্তোকদগী তৌনরক্লবনি। মসিগী থল্লগদবা অমুক করি লৈব্রিবা? কনাগীদমক? মীগী নত্তনা শাগীরা? রেল লাইন মনাক্তী থীরক্তা হৌবা পাংথোক থীদুনা চারগা পুন্সিগী লানফমদা কুল্লিবা মখোইদুগীবু কনান পুন্সি ওইনা থল্লদুনা? চার নামগী খনবদা পীরাং কংদ্রবা, থুমগা চাক্তা চাবগী মহাউ

অদু ফাউবা মরাইবক্তা তমখিদ্রবা মীওইশিংদুগী দমক্তবু কদাইদ আইন লৈরিবা ? থম্মোইদা রাখল কযান মরাং তৌরম্লকখি ।

কণ্ডাক্টরগী মী কৌখৎপা মীকৌ তারকই নিংশিংলকই —ইচেম্মা রত্না মীৎকী মাংদ নোংথাংগুম নাংখিদোরে। হরাগাড়ীগী মনুংদ ফম্নগা ইশামকপু অতিথি অমাগুম থন্দোকপা ঙম্মকখিদে । লাম্না লেপ্পুনা লৈহৌরিবা মী অদুবু যেংথোক্লই । কনাননো মৈ পাগৎলম্মী । মদুগী মৈনুংদগী ইচেম্মা রত্নাগী মীকপ পারকখি — "রত্ন নংগী নচেম্মাবু পুন্সিগী কাউগনি খনগম্মুকো।" হরাগাড়ী য়াম্না ফন্না চেনখৎলকই । এগী নোংঙমদবগী মংলানস্তু তরংদা অদুমনক লম্বীগী খোংলৈ থুং ইন্না লোৎখিরমমী ।

---

# মেলা

মীনা থল্লবা লমপাকনি। মীনিম্না ঢং ঢ্রং ঙংলি। অঙাংগী মীকপম্সু য়াওরি। ব্রাতোন মতোন্দগী কনানো অমনা লাউরি— "ময়াম অমত্তা চৎপীখিন্নু ঙসিগী মেলা সুঙাইনা পাংথোক্লবা, মথল মহৎলগী পোগ্রাম থমজরি। মীৎয়েং তাবিরগা হন্বীয়ু।"

অমন্না অয়ূক লাউরকই — "লেংবিরক্লিবর্শিংগী মফমদ নিংশিংজবদি, ময়ামগী সেবা তৌনিংবদগী "সাইকেল স্টেণ্ড" কী থবক পায়থৎচরি। পৈশা তরাতং পিবিরগা, টিকেট অমা পায়বীহুনা, পূক্লিংদা চিংনবা লৈতনা থম্বিরম্মু।'

একাগাডী ময়াম লৈবা উবদগী হায়রকপা ওইরিগনি থল্লি। কদায় মিনিট মাঙা তারা, পুং অমা অনি অসুম অসুম মতম হৌখি। কনানসু পৈশা তরা পিথোকতুনা মনিংতম্না কুম্মৈ য়েংবগী রাখল তৌনদে। মরাইবক থীরবা "সাইকেল ষ্টেণ্ড" কাচিন অমদা লোৎতুনা লৈথোকখি।

ঈথং থংহৌদনা অমূক লাউরকপা তায়। "কনাগুম্বনা মক্কম অসিগী মনাক্তা য়ু মোম্বা থোক্লবদি মশাগা কেম্না

লুপা যাংখৈ দণ্ডি পিগনি। অতুগা থকতুনা ঙাউশিন্নরম্ব ওইরবস্তু, মহাক অদুবু মেলা লোইদ্রি ফাউবা মেলা কাঁটিগী লোয়শংদ পন্দুনা লৈথোকপা তাগনি ভলনটিয়ারশিংস্তু যান্ন চোকশিনগদবনি।"

খল্লি নসিন্নদি যাম্না ফজখববা ৱানি। নিংশিংদবা ঙমদে পঞ্জীখুনগী জগোইদ যুগী কৈথল কাবদগী পুলিচনা ঙাক্লিবামক্তদা, জুৱার শান্নখিবা, ফুন-চৈনবা তৌখিবা।

চিৰোন চিৰোন ঙাংনবা তাবকই "হিদাক যাউনরক্লুবরা?"

"মতু অসিদা মঙং চাবাবাইরো।"

"খরা লাপ্পা চংথোক্লুনা তৌকরগা লোইরেদনা।"

"হোরেন চোপ্পা থোক্রদি?' তুমিন তুমিন লৈনখি।

মেলা নংবু যেংবা লাকপনি মাইল অহুমগী লম্বী চন্দ্রপুর তান্না মেলাগী মেলাগুর তৌবরা? মানি অশংবা মেলামক্লি। হোজাই সহরদগী মাইল অমা লাপ্পুক্লা নোংপোক্লা লৈবা চন্দ্রপুর মেলা কুমজ্বা খূদীংগী মেলা কাবরনি। তৌগম্বা শক্তমদা অম্নেংবা কাংবুগী মথম্মোই চিংশিম্বা ঙমথরে। অঙাং অহন লাকপগী লেপ্পে। চংখিবা যাউদে, চৎকনিস্তু খল্লদে।

থোইমু লাব খৱনা নাপদা ঙংলকই "থাবল চোংব য়েখিসি। সুপী ঙাক্ত অমুক, নিপা ঙাক্ত অমুক, সুপী

নিপা পুন্না অমুক। অতুদগী খ্বাইদগী হেন্না চোংবদা লুপা ভরা মনা। মসি লোয়রগা বালাবাসু ফাংননি।?"

সুংথিলদা মালিকান বাশোক শকখিবতা ভায়রি।

মায়কৈ অমদগী লাউরকই— ঝাণ্ডি মুণ্ডা হায়না। হাউসিগী কাংবুনা কৌরকই "মশা মশাগী "লাক" ( Luck ) য়েংবিদনা হন্বীখিনু। তুংদা নীংঙাহৌরোই। ফজরে, ফজবগী হায়নিংঙাই লৈতরে। মেলাগী চংখোম্ব হায়বদু অসি মঙায়বে। সন্ধ্যা য়াচংলকপগা মায়কৈ ভরুক্তুগী "মেন্টল লাইট" কী মঙাল ফাউরকই। অশবা, অঙাংবা, অঙৌব মচু কয়াগী ফীজোল মরক্তা ওন থোয়না কেকোং-লোংপী শান্নরকই কলি থোইবী অমদি কলিগী পেমচা, থম্বালনুনা। সতী-সতা লোয়না শুনা তিল্লে। বেন পটি'গী কাংবুনা যন্ত্রগী খুখং খংলকপগা মথং মথং চোংথোক্লরকই। খুংকা খুংকা শন্নরকই।

"করিনো অসিদি?"

"থাবল চোংবীনি।"

"ঐখোইস্সু লেপ্তুনা তরা মরি-মঙানি চোংঙকই। অতুবু অম্নুশ্নদি চোংজবক্তে।"

"অতুদি কয়রা?"

"অশেংবা শক্তম লোংশিনখরে হায়মি।

"হোয়নে হোয়নে ইচেমা। য়ুগ য়ুগকী চংনবী

হ'"বাহ্নি। অস্নন মতম লেন্ননবা চোংনব্নিবা হায়বা হ্নিদনা"।

শমজিন্নদ্রিবসিনা কব্নিগীনো ? লাইব্নেন মথোয থেকপদবু, তৎলগা ফৎতে, তৌহৈদে হাযনৈ। কব্নিনো খ'জাদ্রেদা। নুং-পান ইওন ওন্নকলেমা।"

"অদুবুদি চুম্মীএ। লৈশাবীগী মহুৎতা পাখংনা শাই করুব্নক্লে। নিপাগী খোংগ্রাউ নুপীন কীদমলে। খুকম অব্নাংব তোংলগা ব্নাংবি ভান্নরক্লে। ক্রিকেট বল শান্ন-বনাচিংবা নিপগ শিন্দম নুপীনা তম্নক্লে। নুপী নিপা অনিদা কব্নিস্থ খেন্নবা লৈরক্লব্নোইএ।"

তল্লমাল্লে ভুমিন লৈখবে ও'। বীত্তোন। মপুক্লিং থন্দ্রবা কৈম্মহু যাম্না তন্না যেবা উই। অদুবু খরমদি মুঙাইম-নখিহ্না শিন-শিদনা মযা কুনথ্না নিথোয পুথোক্লগা নোক্লি

কয়াত মমিং থোগ্নবা এনাউন্সারনো। নোংপোক মাযকৈদ মচেম্মগা ব্নারি শাব্নিবা পাখং মচা খরহুবু অতম্নন হাযরকই "নোংপোক মাযকৈদ লৈবিব্নিবা পখাংমচা শিংব হন্না হন্ন নিংশিংজবি নুপী মরক্কগী থোকপীযু। খুহুপ অমা লাপথোক্লা লৈবিযু। যাম্না ব্নায়চিন্না উজবে

মথো কব্নি লৈদুনা য়েংশিন্নাব্নিবা খংদে। মুমদ হনখিব্নোইদব্না হংজবাহুবু, কনা কনা লাকমিন্নৈ খংজিন্নবদুব, কয়াগী য়েংবা ঙম্নক্কীবা ঐনা খল্লি।

শাউনিং শাউনিং, ঈকায ঈকায খরা খরা চৎথোকই। চাউবা, পিশক, মনি ঙহাক্ত পোৎথাব ফংখিদ্রে মাইকতা ঙাংব হৈত্রবসু মাযক্রোফোনতদি মবেম্মগী মমাংদ পাযনিংলম্মীবোইদো।

"তামোংচৌ একাগাডী চংবি অসি পুতুনা হম্বীখরো ঈঙক ঙরা যেংথোক্রুই ঐগী ইনাউ নিপা মনিতোন ওইরম্মী। থাবল চোনি তুনা হাযজরিগল্লে। লৈরগা হৈকদোবা ...... ঈকাযতুনা তৌজরিব ওইরিগনি।

নুপা নুপী পুন্না চৎবগী অচংবা মঙাং যৌরক্লসিদি খল্লি।

ঐথোইদি ফজনা চোংই হাযহনখিনবা ইমা ইচে লোইনা তৌতুনা পুজনম্মী মংগাইগীনা করম্না খুগাং ওইরিগদবা চৎতচিংখগা মনে ইরু ঙখদুনা ঐ।। মন্নবা একাগাডী, ঐতনা তোংবগী পুঙাইজরবা, লৈক্রক মথক্তা খল্লিব অমম্মবগী ফক্রাং নমখংইদুনা তপ্পা তপা থোবকই। মশাগি কনাগী পাউ ফংবগুা কযাগী করা চেল্লকখি মা থাদুনা।

মীনিলগী মখোল অসুম অসুম মাংখিরম্মী। অদুবু নাইক্তা মখোলদি ঐগী নাকোং থন্না হাপচিনখিবনরা খংদে তৌজিকসু ঙংলি। ঙাংবাতোনগীদমক্তা নিংশি লকপদা খরদি নাঙম্মক্তে। চহী কযাগী মমাংদ থাবল চোংবিদ মযাম্না ঙাংনরকখিবা ঈথোইসু তাহোই। কয়াগী মমিং থাকপা থপ্ররিরোইদবা ?

"থাবৈম্মে ! খুদং লৈত্রবরাও ?" ফী হোংদোক্কে তৌরম্মী যুম যৌরদুনা।

"লাকচরে লাকচরে যেনশাং থাউ ঙৌখংলুরে কুপ অমতা ঙাযবারমখে।"

"নপী অমতা লৈবনা নিংবা থক পুংঙকপা পোৎ নাহুনেসে ?"

"হোযনে হোযনে ঙাংদুনা মতম মাংহনগদবগী শর-কপুদি হেক পুশিন্নবরগা লে ইরবা।"

"নংগী নাংগী উয়ক্ত দুনা হাযবনিদা নোংঙাম্বদগী ঙাক্ত লৈতাদনা শুবিবদু ব্রাহ্মিগনি হাযনা। মী কুপ অমতা শুননা অদুগী নুংঙাইতদুনা হাযবনি শাউনিংববাগে।"

"করিগা শাউনিংজকই হাযবগে। ইমে পাংবিননা হাযবীবগবু থাবনদি থবা খিং থুনা পুশিন্নীরকলো। অমত্তা খেং খং শিং থোক্রগা হকাম বা বা চম্মমখে টইবগী মতম ফংবরা যেক্কগে।"

"নমথৌবীসিমা ! পরপ পরপ লাক্কেদি হাযদ্রদুনা চবেং চবেং অদুম ঙাংদুনা লৈরদনি। নখোইসে মযাম কাক্ক পান্দম্নবদা কবিস্ত লাম্ন পোৎ নত্তোন শিদ্র অমতং খংখিবদা কোচি থাংদুনা লৌবগা থম্বসিনা।"

"নমথৌদবী সনা ইবেম্মা অদুগী দর্শন নুংশিদবী ঐবুস্ত ফংহন্নিংদ্রাও ? মমা যেংবা চৎলুবদা রা লোইনবীরক্রবা

জাংলনে? খাংব ঙনত ঙম্লক্কুগা তোংঙান্ন য়ুম মচা অমতং শাবীয়ু ঈংখোল কাচিন ওইরপ্পা। মতুদা ইমা ইচা চাবোম্ব চাদবোয় অতুম্মক লেনঙগে।" চাকথুমদগী থোরক্কুনা শাউনিং শাউনিংনা খুদৈ অতু পিরম্লগা চংকে তৌই। খুজেং পায়শিন্দুনা থম্বতুদা নাঙ্গোকপদি ঙমখিদে।

"সে থাদোকলো হাযনি। ইবুংঙোমচা চাক লাম্মে হাযতুনা চাকথুমদা চাক চাযহৌরি। তুমথোকখরবদি ঈথম্বা রাজতুনা লোকনি অতৈমখৈদি লোযনা চরা রান্দুনা তুমখ্রবনি" মখুৎ অনিনা শেংতে ক্কদগী বন্না হোংনৈ।

"শাউরিবরানে ওইনা চাউবী নংবু। এম্ব চাক য়াম্না লাম্মবনি। পিজনিংদ্রবরা হায়বা?"

"খোঙ খুং হামদোক্লিকৈঙ য়ারক্লনি। সে চংলগে হায়বা। করি তৌবগী শাউগদৌরিবনো?" থাবল্লে চাকথুমদ মথৌ শুখি। খোং খুং হামদোক্লিকৈঙ কৌরকই।

"নংগী অসিবো ননাক্ত ফমহল্লিংতুনা তৌরিবরানে? ইলোয় লোয়দনা তৌশিন্নবা মাল্লিদ?"

"চংঙুক্কুনা য়েংলগা লোইরেদনা।" এনা তুমখ্রগা হোগংপা তন্দৃনা চাক চাদবা কোঙ্গাই য়াউথ বনি। মাদি মতু থক কাউদে। ঐনা চংখিবদা চাকথিগংপা হৌরম্লে।

"নুংঙাইরবর কৌজিক্তি। পেন্না য়েংলরিনিদনা?"

"হায়নিংবতা হা য় জ্বোনে। শাউবীগদবা ঐনা শাউবীদ্রগ লোইরে। য়াম্না য়েংনিংতুনা কৌশিল্লিবনিএ

খংবীরেদনা।" নোকমি নোকমি ভৌরগা চাক থিনা থিনা যেংলকই।

ভহাক লৈরগা মখা অমুক শমদরকই— "নংগুম্না ননাক্ত থম্লিংদবা অচুগী থম্মোই অচুংদ ঐখোইসে নাত্তে। মংদ মংগ্রা ভাল্লগা চাতুনা অতুম্মক লৈবিযু। মচুদগী হেন্না নুংঙাইবা লৈতবনি।" মতোন তাবদা খন্না শাউরপ্পা তেই।

"মাগী গৌনবী ভৌরক্লেনসে। ঐবু নমথুতুনা অঙ্গানবা শিগদোরে।"

"পুগদবা মীনা পুবিদ্রগা, লৈগদবা ঐনা লৈগে লৈগে হায়তুনা ফীজি য়াল্লগা কোয়ঙ্গন ঈন্নবা তারিনে? চহী তরা তরেৎ চুপ্পা লৈরকপাসিদ করি নুমিৎ খরনি লৈমিন্নরুসি হায়না পুবীখিবগে? ঐতনা ঈকায়জদতুনা চহীগী পুজাদ নোংমা নীনি লৈরিবনি। নুংশিদে হায়তুনা মী অমবু অমুক থীনা লাক্লিবা হোনদে। অসিগুম্বসি ঐদি শুপ্পগী পামজদবনি।"

ইবুংঙোমচা চাক চাব তোক্লতুনা মমাবু শুমহন্না পুখিরম্মী। থাবল্লৈ য়েনশাং য়েন্বা নংঙমদ্রি। ঐত নত্তনা মচাস্থ য়াউনা কয়াগী ওৎ নৈবিরি। থাবল্লৈ, ঐগী অমম্বা পুন্সিগী অতিয়াদ থাজ ওইনা থোক্কনা ঙালহন্বা ঙম্মী হায়রগী চন্দ্রসখীদগী থাবল্লৈ কৌখিবনি।

নোংমা য়াউশংগী ভিক্ষা নিবা লাগপদা ময়ামদুগী মরক্তা মাতবু আবির তৈনিংখি। অতুক পিক্রি ।।, অপাম মুংশি খংদ্রিবা ঐনা মায়া মিতাখিবনি। যাদ য়াদ লাক্ল'দগী খোংবান্দ তামিন্নখি। মদুগী স্মৃতি থম্মোই অনিগী মী শেন্দ ময়েক লান লৈরি।

মথং মথং চৎথনরকপনা নোংমদি য়েক্লা ভিংখং মরক্তগী নাম্থোক্তুনা যৌবনগী ঈরৈদা লুপমান্নরক্লে। মাগ্রগদবা ঈরলদগীসু ভাকথোকচহৌরে। মহাকথকী য়ানিংদবা নুপী লৌই হায়দুনা যুমগী চফু য়েরান ফেংদোকহনখি পাবুংনা। মতমদুদা ঐনা রাশকপগা লোইননা রায়েপখি, লান্দ্রবদি অমুক্তং ওইরংসু ঐগী থাবল্লেবু ইমা অমসুং পাবুংগী সেবা তৌহনগে।

থৌজালহৈবা মমিং তাংলমদে। ঐগী কোম্পানী থবক অমা ফংবদগী থাবুম ফান লৈমিন্নরমদনা চংপা তাখি। লৈকায়গী রাথিন কাদগী যুমদা পুশিন্দূনা থম্লীরকখি। মৌ থিঞ্জিন্নগী মাইক খোংগনি লাংলম্বা মরুপশিংদো পাবুংগী মীচৈদগী ঈকায় ঈকায তোক্লখি।

থাবল্লে, নোংম নোংমগী মুংশিবা হাপকৎখিদুনা অহন অনিগী মথম্মোইগী লৈরাং লৈচল ওইরক্লে। থাবল্লে নত্তনা চাক থোংহনখিদরে। থাবল্লে যুমগী লক্ষ্মীনি শিংথানরে।

অদুগা ঐদি? "ও উরোক নাপংবা নমৈ নকোক হোত্রোং হো নতু লৈমা কাকোক" হায়বদো থোক্লে।

চহী অনিগী মতুং ইমা নোঙ্গাখে পাবুংগী হৈনবা থাবল্লে, মীকুপ অমত্তা থাদোক্লিংখিদরে। থাবল্লে অঙাং মঙাগী মমানি। অদুবু পাবুংনা নাবু থাদোক্লুনা চেৎখ্রগনি হায়বগী কপ্পা হোক্লে। অসিগুম্বগী ফিভম অসিদা করম্না থাবল্লেবু ঈনাক্লা থম্লিংঙদুনা পৌরিবনি হায়সিগে।

মহাক্না শাউবা যল্লা চম্মী। মপুরেইবগী মনাক্তা ন্নপী ইবীনা লৈমিংবদগী থোকপনা শেন্না মপুরাইবা অদুনা ন্মপী ইবীনা অদুবু মনাক্তগী হেন্দাকহন্নী দ হংবাস মহাক্না খংলমদস্সু য়াই। হৌজিক্তি ঐগী রাশক থুনে। শিখ্রবনি খনখিবা ওক্লবা মচা ঐনা লাল্লমদবনা পুন্সি চেংজল থুম্বা ঙমগদ্দারি। অদুগা অমাবোমদনা ন্নুংশিজনা খিজকুবা ঐগী থাবল্লবুদি থম্মোই মচেৎ মচেৎ কাঙ্গবক্তুনস্সু হয়েংমুক্কী মপোক্তা লৈমিন্নকনবা থৌজালহৈবদা নিজরি।

ঙসিস্সু ঐদি কাউদ্রি - নোংমা থেংলবা অহিং মমিত্তগী মপী তৈথোক্লগা, “মানা হান্না শিখ্রবস্সু মচা মনৌতদি কাঈন লাগনু” পাউমেনখিবা অদো।

ঐ চাকথুমদা ফমহুনা ঙায়রম্বদগী লাকমনখিদ্রবহুদা চাহুনা লেংলুই। মাগী মতো উবদা শাউনিংবদি থমখ্রহুনা ন্নুংঙাইতবা রাখল অমনা থম্মোই পুম্বা মরাং হোইহল্লকখি।

মেলাগী লবুক লমহাংদ মচু কয়াগী লৈরাং শাংহৌবহুগী মরক্তা খোং থাংজিম্বা ঙম্মক্তুরে। ঐগী থাবল্লে—মখোই-হুদগী করিগুম্বদস্সু ময়েং তাগদবা নত্তে, মাগুম্না কনানস্সু

ঐবু মুংশিবীগদবা নত্তে, লু-া তৌবীগদবা নত্তে। অদুবু অৱাবগী কল্লবা শাফনা লৱাই লেত্তোন্দগী ফদৱকখিবনা মথৱাইগী তোমখিন থমজবা মবুংঙোবুম্ব নিংশিংখিদৱে। খল্লকই – "অশিবা ! নংসে অসিগুম্বা লোইনা কাউথোকহন্না ওম্লিগদৱা ?

মীংইবগী খ্বাইদগী হেন্না ফজবা মতম হায়বহু অশিবনি। মচা ময়ামগী মৱক্তা অংাং শুম্লম্বদগী চোকথৱকপনা হেনজিনখিহুনা ঈশি-শিনা -াখোক্তুনা তুম্লি। অশিবগী মতোগুম মীৎতা শং শং উৱকই।

পোৎথাদনা থবক শুৱকপগী ৱাবনে, অঙাং ময়াম ৱাৱক ৱাত্তেম্বগী ৱাখিবনে লোইনা পুনশিনখিহুনা মুংঙাইবা মং ওম্লিবনি। তপ্না তপ্না মশা নোমহুনা হৌদোকলুই। মমিৎ পাংথোক্তুনা য়েংলগা ফুক লাউনা হৌগৎতুনা হংলকই– "চাক ওক্লবৱা ? অঙাং শুম্বদগী তুমথক্লৱমাল্লে"

ঐনা তুমিন উংহুনা লৈবহু উৱগা অমুক্কা মখা শমদৱকখি– "শাউৱিবৱানে ? কৱিগী খুমদ্রিবনো।"

তগুপ তগুপ্লবা মমিৎ অনিগী কুৎশিল্লবা মীৎলু কোমফ অনিদগী ঙাকপীয় হায়বগী মতাগুম লংত্রিক ৱাৎলবা ঈচেল অমা ঈহৌৱকপাগুম হৌই। ঐগী লাইবক্কা তৱক তৱক তোমখিন শাৎচবী ঐগী থাবল্লে, ঐনা তৱায় তৱায লংথোক্তুনা থম্বদগী মকা লাম্না শাৎচবা উমজদি। পুন্সি লানফমগী মায়োক য়াবদা ঈতেং পাংগনি লাক্লিবী মীকুপ

অমতা থাদোক্লোয রাশকথ্রবী, ঐগী থৱাই ওইরিবী থাবল্লে-শেংপা চাব মনিং থুংদবনা, ময়াং বংশিল্লক্র, হকচাংগী শক ফাউগৎলে।

মা বীতেন্না হাযহৌবনি “যংবা হৈরগা কুম্মেগী কুম্মে উক্লনি অসুম মতম ওায়নব হাৎবাদুনি” কয়াত অর্থ লৈথ্রবা বাইরানা। শাংলবা মুংশান্দের মপী অমা হেন্দোকখিনা হংহৌরমদে।

থাবল্লে মশম মনা পুনশিল্লগা হেগংতুনা থেংউ হাদোরকই কোঙ্গনা থুংনা চৎলুরবা মলম্বা মুংশিং, খোংনাউগী অকোবদা ফাউদোকখিবা ঈমুগী মুশি মুশি চংক্লিনা থাউবৈ মণ্ডাল উবদা হরাউমনখিহুনা ঐখাই ঈমুংগী এলা যগদগী চংঙকখিরম্মী।



# থরোয় অহাম্বগী মীকপ

"ইচেম্মা যৌ খরা পুশিগে"

একাগাডী তাংত্তুনা ননাউ নিপা আতাম্বগা লাকমিন্নরম্মা মালেম, শুমাং মাকান্দ কুমগ্গরগা হায়রকই। চহী নিপালগী অমা নি কেরিয়োরদ বস্না অমা যেপ্লকই নাবি শুনরম্মা পুন্নামক ঈতক তক্লতুনা মতোন্দ মুন্না যেংনরম্মী। ডুহাকীদি মা নৈনবঙ্গুম ঈচিক চীবখরে।

'মামোচা' ইকাদৌবগী ফনোনে য়" – যেনখানা চাকথোংবা শাল্লবঙ্গী চহী তকক্লা ভাইরিনী স্তুলোচনান অচিকপা থুগাইত্তুনা হংলকখি মখুৎকী ফদি মচেং ময়াম অতুনা লাইফদিবী অমা ওইররবা কন্না হোৎনবি। নংগৌবরোয হায়বগী মনাঙ্গুন হন্নদিথক য়েংদে।

থোং নৌবর্বী, থম্মোইগী লৈকা থৃদিংদ খোম্ল ঃ মরিক পক্লিবী স্তুলোচনা, করি খন্দৃনা হংলকখিবনো হায়বতুদি খংবা ড্রমদ্রে। অত্তুবু মুংশিল্লবা মচিগ্নান অনিতুনা লেংলি লেংলি ত রগা ঈরাংগী ঈরাংমদা লৈতুনা ভাংলকপতু এগা থম্মোইদদি মাং গাং নাইন নীংখা রকগি।

"মখোইগা খুন্নাতোন্না কৈথেলদা মামচৌদগী ফৌ মোন অমগী পৈশা লে চৌরে। ইচেম্মাদ হায়রগ পুখো শোইদনা পিরক্নি হায়রকই হায।" মংলেম্না মখা শমদরকখি।

থরানগী থাংজ মুমিৎনি। শাবগী ন্যংশাগী মৈচাক খাব ব্রানরতন মচি মকুমদা পোংশানরি। খ হৌদনা প্রলযগী লোলৈ ন্যংশিত শিৎলকপাগুম মফম অতু মরা চৌরক্লে। শুমাংব চাক্কারম্বা লমশূন্ন খংহনা যুমথক্তা পাযথংখি। মুনিংকী মভাল নোং মশৈ খরন কুপশি-নখিদুনা খাংব ব্রারক্রবা পৃথিবীবু মকুম লা হল্লকখি। অভং পমদুনা খোম্রাং ইলম্বা মন্দোনমচ দি মমায মশিং ঈচপমুক ভাং হৌগৎতুনা ঈমুং চৎখিরম্মী। মযাম্না মঙোন্দক য নরকখিবতু খাংব ড দ্রগাইদো

লুপা তরামাথোযতনা ফুরিৎ থাউ মথক-মথা ওন্দূনা লৈরকখিবদু খংনিং নিংশিং লক্রে। শাউবিবনি হাযদুনা মীঙোন্দ পীথ'ক্লগা অরাং-অপাগী পাযতুখউ মেখা ঙমগনিস্ন থাক্সদে। অতুতগী ভসাইদগা করি তৌসিবা খল্লম্মীবনি। মখোইশিনমুক কযাগী মতিক ওৎ নৈবক্রে মখোইগী ইংচা য়াইতম্লবা মীৎযেং, শংগোয় মচিদ ফম্লিবা ঐনা শ-শং উরকই।

শাউনিংবগী শাফু খরা খরা অতুম্মক হনগংলকখি। মপা অমদি ময়াম্বা ঐনি। ঐখোইগা ঙাংনবা হংগোইরবস্ন মতৈমা অমা লৈরি। মনপশিৎপা হৈত্রিঙৈদগী মমাঙুন

কোন্দুনা যেক্রকপনি মচা অপোকপদগী কবিগুম্বদস্থু ন'যং তাংল্লনদে। ঙসিদি ঈকাযথ্রুনা ঐঙোন্দ তায়নবা হৌবকই। যাম্না কেন-মৌন থম্বদগী অরাইলেত্তোনদা নেংলক্রিগনি হাযনা ঈথক্তা ঈরাপ শিবা হৌনরক্লে।

খংহৌদনা ঙাংথোকখিবা ঐগী ৱাহৈ থৱনা ঙসাইদগী শুমাং মচিদা একাগাডী পাযদুনা লেপ্রম্মীবা মলেমদা তাশোন ওইনা থীনখিরম্লে অঙা মক ওইত্তুনস্তু ঐগী পথিযুকপা ইম্বগী অশাউবদু উম্দা কিরদুনা তপ্রি তপ্রি গাড়ী ইম্থোক্তুনা থাকখিরম্মী

সনা'তান ঐগী অমতা ঙাযক্তৱবা ইনাউনি। সনা হযবদগী তোন যাউনা কৌবা ঙসি ফাউবা ঙমদ্রি তমান ইচ অনি মযুম পানখে। চহী মরিফুগী চৈজিং-না যৈশিল্লক্লবা পাবুং শিকুম-নাকুম হৌংলি। সংসারগী অফ-যত্তু যে শিন্না ঐগা ইশকক ওইরক্লে।

ব'জরক্লবা পাবুংগী মথম্মোই পেন্নবা খনবদা ঐসে হাচ কংলবনি অ'ৱাং অপা মেনশিন্নবা হোংনবদা মীওইনা ঙমদ্রবনি। অদবু নৈক'যগা মমিত্তুদি ঈফুল চাদুনা পম্বা ঙম্লি। শম্না হাযরবদা ঐনা চরা হেন্দৃনস্তু যুমগী শোইদনবা হেংশিন্নদুনা ঐখে ইগী ইমসে খংদবা কনান নুংঙাইবগী মশিংদ চন্নীরি।

শেংপা চাব মনিং খুংজদ্রবদা ঐগী পুন্সি লোইনবা চন্দ্রজিনী মসিগী দনক্তুদি যাম্না থাগৎনিংঙাইনি। অঙাং

নাউরোল মরি শুরে। অতুবু মপুরোইবা ঐন, অরাবগী হকাম, কনা খংখিনি হোৌন্দকপদু মহাক্তনদি উরমদবা লৈমদে য়াম্না চোকশিন্না অমদি কুপ্পা যুম পুবা শকক্তগী ঐনা মপান থেক্তুনা পৈশা ভাব্বা ভুম্নি।

চহী মন্তাগী সনাতোন, মচিন্দগী খোম্লাং মনম কাক্তিবা, নেন কাঙ্গনা নশা লাউ তথিবনা পল্লেগী শক যেংবা যলনখিদ অমা যাউহাং নম্লমদাই নৈব থান্নুংদ চেজেং কোনশিন্নগা রাশকহনখি। ইনাউগী পুন্সি ঐগী অম্পাক্তা থাদরকখি। নোংমতা ঐনা কল্লক্তিংই চাক চাংদ্রবী ইমাগী হাৈদর্গী খা ক্রক-ক্রক চীক্তুনা ঈশাগী ওইজবা পুম্বা থাদোক্রগা চাউনবা যোক্রকপনি শেৎনিংবতা শেৎহন চানিংহত পিজ, অরা-অনা মশক খংহন্দনা নুংশিবগী মোম্পাকথক্তা ওন থাযন লল্লকপনি। ভসিদি পুন্সি মপুং ফারক্লে। অঙাং অমগী মপা ওইরে। অদুবু ঐগী মৈৎসিদদি চহী মঙাগী অঙাং ওইরিবৈ ফীভম অদুতমক উগা ফংই।

ঐনা কপ্পী লোন্না মাগীদমক, করিদবু মপুক্লিং পেন্দবা লৈখিগদগে হায়না। মরক মরক্তা বিধিবু তেংথাজৈ নুংশিজরবা ইতু ইচা কাঙ্গনাবগী মৈচাক্লা। মহাক্তী ঐগী অরাবদু খক খংবিদে উবিদে।

ভবাং অহিং পুং অমা তাবদা হনজিল্লকখি। ঐনা থোঙ হাংদোকপনি। লেংথৈনবদা য়ুগী মনম্মা রা-রা

লাউরকখি। মন্দোনমচা সরোজিনীনা মখোইগী ক দ চাক পুশিন্দনা পীজখিবা ঐ মুন্না খংহৌই।

পুন্নামক অসে মীৎকি মাংদ জগোয় শ'ডুনা লরুবা হৌরক্লে। মী মরা কয়াগী মীনোক্না নাকোং অসে পোক -খাইখিগদৌরে। চন্দ্রজিনী মতম লম্বা ডম্লক্ত্নুনা পুখ্রাদা ঈশিং শাকপা চৎখিরম্মী।

ম'লেম্না মবোক্তা তম্লুরমাম্লে হন্নবী অদো মখাং কোল্ল কোল্লডুনা লাক্লম্মী। শুমাং মহোন্দগী ঈশিং পুডুনা কাবক্লিবী চন্দ্রজিনীদ ওনশিল্লগা হংলকই "চন্দ্রা, নখোইবু মখুৱাতোন লাক্লিবামখৈ পিবা ঈংম্মক ডম্লরোইদ্রনে ?"

হন্নুবী অদুগী রা ডাংলকপদা তম্নক ওনিকপা খোঞ্জেলগী স্বর অডুনা ঐগী ঈ থাংডকত্রবা হকচাংগী শিংলিপুম্বা মর'ং হৌহল্লকখি। ইমান শিরমদাই নীংথৌনদি ডাংথোকপা ডমখিদ তনিক্রবা র'হৈনা মচা অপিশক অসিবু শিন্নখিবত্নু নীংশিংলক্লে। ঐগী অশাউবা খরদি মীৎল্ল ঈরান কুপশিন্দুনা থম্বা হৌরকখি। ঐনা মরক থৎতুনা হায়রম্মী "পাবুং লাকপা ফাউবতদি ডায়বীখোদনা ? অডাং অমা কৌহন্বা থাজরুখিগে।"

তডক তডক য়েংলগা মখা শমদরকখি হন্নুবীডুনা "চেং রানগ দবস্নু মাগী অচিম্বত্নু য়েংডাদ্রডুনা পিথোকখিবনি

হায। যাৱবদি খরা যেংঙুবা ? হৌজিক্কী চেং চরা লৈসহৌদতুনা তৌবনি।"

ৱাহৈশিংতু ভাবদা থম্মোই পুবা যাৱকখিদে। যেনাক খুল্লমতুনস্থ মণি-মুক্তাগুম থমজ্জরিবা মচাগা হাক্কক্কা খরদি ৱাজৱবী লোখ্রাবীনি।

নং অনিগা মবক্কা হা ওইৱক্ক ঐহাকসে। হনুবী অতুগী নাও যেংবা ঙম্রক্কবা, অমারোমদনা মনিং মখা তৌবা হৌবকপা ইনাউগী খন্নদনি। খল্লকই—করম্না তৱাম ভরাম পিথোকসিরা ? থোইনা মযাই কাব হেনখিবোইদরা ? কোক ঙাট্টৱকখি।

পাবুংবু ওন্দুনা পিখা হাযমূ হাযরম্লগা ফীরোল শংচিন্দুনা কৈথেল কাব অতুম্মক চৎলে। মীকুপ অমতা লৈতানিংদবা উৱতুনা কৈথেল লাইবন্বীনস্থ থনামক থাদোক-পিৱক্ক। ঐনা যুমদা হল্লকখিবতু মযাম্না ঈঙক ঙরা যংনৱকখি। কৈথেল যৌকদ্রবৱা হাযনা হঙকপস্থ মযাটবকখি।

ফৌ ওল্লমদ্রি। থীঙেল থিংবা ঙমদ্রগা নাউশিংখোং তামনৈ হাযবদো থোক্লে। মবাল লৈজদ্রবীদ ঙাংব নতুনা করিস্থ উপায লৈৱমদে। মবৌশিং থোক্রক্কবীদি ঐগী ফীভম-তুদা কিমনখিতুনা তাহ-তাহ খাইদোক্লগা ওনগদগী তৌৱকই। মতম অতুমক্কদা পাবুংস্থ যুমদা চংলকখি। ৱা অমত্তা ঙাংদবা-মখৈ মফী হোংদোক্লগা যেনখারোমদা থোকখিৱম্মী।

সন্ধ্যা মাচৌলকপদা তুলসী মখোংদ ফমহুনা কপ্লিবসে কনানো শায়না য়েংনরকপদা থরোই অহান্বগী মীকপকুম অর্থ খংনদনা কপ্পম্ব পাবুং চুইরম্মী। মেরাগী নোংলিকুম ঈখং থংতৌদনা তারকখিবা নোংনা মশা চোংলকপত্তু করিনম্ভ খংলমন্নমল্লে। ভহাক লৈরগা মপী তৈথোক তৈভথেক্রা ফমুদ চহুনা হীপাখিরম্মী।

সনাতোন অযুক্ত কৈথেল কাখিবদগী হল্লক্তি। অহিংগী মথাই কল্লবা অমম্বনা পৃথ্বি যোংকদবগুম ৎৌরক্লে। ভরেংনি পাম্বগা খাজ মপাঙ্গল থক্লক্তহুনা মমশু মমশুরকই। অহিং থেংলকপনা মীকপ তাপ্প যাউনরক। অহুবু এদি তুমবা য়াদহুনা করি করিনো খরা খল্লি। থোঙ হৎহুনা মপান্দ নৈরিগদবাই যেংলুই। তৌইগুম্বমুং অরেম্বা চুইরকখি।

ঐ কপ্পা-হিক্লা হিক্লা-পালেমবু তেংথাহুনা শুমাং মতেন্দ হৗরিবা নৈহাউ লৈরেনগী নৈকাদ শিন্দুরক্লিবা সনা মচু মাল্লবা নোংলিক্রা লাইরমেন্দা লৈখবী পালেম্না মচাগী অরাব য়েংভমদ্রহুনা পীরাং পীরে ইনবাগুম পুক্লিংদ তুচুংহল্লকই। শুমাংদগী থোঙ্গাল থোক্লে। ঈংখোল লান্না চৎলম্বদু শুপ্পগী জ্ঞান তাহৌদে।

যুমলোন অনিগী রাংমদা চাউতোন হোইগী মযুমনি। হাউ মচা অ-১ কদাইদগীনো পুরক্কুনা থরম্মী। মাগী য়াম্না তিন্নবা হৌরক্লে সনাতোন। যগী লিক্লিনা রাখলগী

থোঙ শাব্রক্লে। থৌরী কংঙক্লবা মতমদা ঈশিংগী মহুৎ শিল্লক্লে। মহুনস্থু অশস্থা নাইদনা খুৎ কল্লবা মচিন-মন্নাউ, মী মাংহন্বগী হালেংদ্রবা য়াংখৈ নিথোয়গা শিংনবা হৌরকখি। খুৎ কন্বনা ঙস্থা হায়বা অসিদি মহৌশানি। মরল-মথুম মাংহন্বগী নীংঙাইরক্তরে, সনাতোনগী লমচংতা চপ চান মথক মখা ওলহনখরে।

মফমদুদা লৈরমগছবোয় খন্দনা চংলম্মী। মী মঙান কোযশিন্দনা ঈমুংদ জুরার শান্নব্রিবত্নু থোঙ অহোবদগী উরম্মী। ঐনা কৌবদা মহাক খুল্লকখি। য়ুমদা চংল-রোইদরা হংলম্মগা করিস্থু ঙাংলমদ লাকপনি। ঙসিদি হায়নীংঙাই লৈতনা তুক্কৎচব্রক্লে। ঙাকপিবা ............? মতম্ অফবা রানি। মহুযু লেম্না মাংব যাদ্রবা তৌবি-মলগীদমকা হঞ্জিন হঞ্জিন লৈকার মমাংদ ঈকায়বা পীশিল্লক্লবদা করম্বা থম্মোইনবু থোংহন্দনা অদুম্মক লৈবা ঙমগদগে? অব্রাবনি হে মীওইবা।

...রৎনিপাব্বগী মুমিং অসিমক্তদনি মুমিদাগী চাক চাব তোক্ল'। পোৎথারিইঙ ইমাদ ঐনা থব্রাই শোক্লা হায়খি "ইমা! মীগীদি মনাউ লৈবনিনা কয়াত মুঙাইরিবা ঐগীদি কদাই? অমক্তা পীযুবা।

চহী তব্রাক্লক্কী অঙাং নাউথি শান্ত্রিবা ঐনা ঙাংখিবা ব্রহৈত্নু ইমাদি খক কাউবা তৌরমদে। নোংমদি তশেংনা ঈথাদ নাউরোল তাব্রক্লে। নিপানি হব্রাউনখি। অতোম্বা

ওইবা য়াই হায়দুনা তোন শব্দ লৌরগা সনাগুম পুক্লিং মকা লামহাল্ল হাংবগা সনাতোন মীংথোন্থি ঐনা। পুন্সি পান্দাং ফাংদমদিবা হেরং চার. ওায়ঙমদনা লংথোক্লম্মে। অদুনা মাবু ঐনা অদুক্কীমতিক লুনা তৌবনি।

থরোই অহান্বগী মীকপ পৃথি মাতা নত্তনা খংবীদ বাগুম, ঐগী থরাই শোক্লা কপ্লিবা মীকপ, অহিং লাইরেণী নত্তনা তাবীথিদরে। ফুম্বংনরবা রাখলগী অরাব রারোলশিং তরংগী কোঙ্গোল্লক্লা হাউখিরম্মী। অদুবু থম্মোই মৈচাক্কী মৈরি থোক্কবা মৈখু অসি, করিগুম্মদস্তু মৃংলক্কনিদি থাজদ্রবনি।

সনাযোন হল্লক্লে। মাগী কাদ চংখিবদগী থোরকখিদে। তোঙান্না পীজবনা ফরগদ্রা খল্লিডৈ, মীকপ থোক্লকপদা ওায়রিবা পাবুংনা হল্লক্লবরা হংলকখি। চন্দ্রজিনীনা য়োকচবা কৌদোং মচা অদুনা শেগাইদগী ফন লাউনা চোংথরক্লগা লাক্লে হায়না খুমখিবা মংগুম তাহোই। পৃথিবী তুমখিররম্মী। অহিংগী অমম্বা অমুক্কাথোয়নামুক থাজিনখরে। লোয়না ঈচিক চৌকখিরম্মী।

ফমুংদগী হন্থনা অমুক্কুং য়েংথখিবদা হোদোং মচা অদুনা সুলোচনাগী কাংখল হাংমদ ঈশি-শিনা তুমদুনা লৈবা উরকই। লাইফদিবী থরস্তু মনাক্তা য়াওল্লকখি।

—:*●*:—

## ০ ঙমচাক্লরবা থম্মোই ০

ইন্টারভিউগী ময়িং পম্না যানদ্রবা জয়ন্তনা ময়ুমগী ফীভম হেংল্লরগা মরাইবক্কীনি খন্দোক্কুনা অমুকস্থ রেল গাড়ী লো খৎনবা হোৎনরকই। মহাক্না নীংথিনা খংই— মহাক্কী খোংচৎকী করিস্থ কান্নবা ফংলোই। মরমদি হৌজিক্কী মতমদা হান্ননা মীশক খন্দোক্কুন থম্নরক্লবনা। থোংনাউগী অহোবদা হেংথোকখিবদা উরকই— মহাক্কী মীৎয়েংদ মীৎচান্নবা ঙমদ্রতুনা অতিয়ান লৈর-লৈরতুনা তুংথংহৌরিবা। নারক-শিংলক, চীংয়া তময়া লোইনামক্লা কিরতুনা নোল্লুক্লা লৈথহোবা, অমস্থং উচেক-রায়া কয়ান লমজেন তান্নতুনস্থ রেলগী খুৎচেন্না হেনখিবনা মায়থীতুনা লৈহৌবা। ষ্টেশন অমদগী মথংগী অমা য়ৌবা ফাউবগী লৈনরিবা মরি অতু থদৎতুনা মাং থাগৎলি-পন্থুংফমগী আশাদ, শাংলবা হুইশেল খোংন্দূনা রেলগাড়ীনা।

মফম ঈথং খংহৌদনা চম্মন্নরকখি জয়ন্ত। হৌথুবা পুন্সি লমশাংদ লোৎতুনা লৈহৌরিবা রাখলগী ঈপোম্না ঈহৌরক্কুনা পুক্লিং ফাব ঙমদ্রবা থম্মোইবু তৎতনা অরা

মৈচাক হাপকৎখি। মথং মথং নিংশিংহন্দুনা পোলেপফম খংহল্লকখিদে। য়াম্না রাজবক্লে জয়ন্ত। কাউথোক্লগে খল্লকপদা অতুক্কী মতিক পিৱকপা মৈচাক্লা পাঙ্গল য়াম্না শোন্থহল্লকখি--- মহাক্কী মশাপুম্বা, কৱিগুম্বা এমগাক্লবা থম্মোইগী মৈশা লাংহন্দুনা। থম্মোই মী শেন্দ ভাল্লম্বদগী খোয়না হেন্না ভাম্ন উৱকখি—পৎ পুমতুনা লৈকৱা স্মৃতি অমসুং ভাউহল্লকখি মীকুপ খুদিংদা। মহাক্না হল্লি—"পুন্সিগী পোৎথাফম কদায়দা ওইৱিগবা অমসুং কৱম্বা মতমদবু ফংলক্কবা ?"

জয়ন্তনা বি, এ পাছ তৌবা চহী অতুম হায়ৱক্লে। তৌইগুম্বসুং অতুমক্তদা চাকৱি অম্ম তৌতুনা মশাবু পোন্থা অমগী মথাদ অফা-অপুনগুম্না শেমগৎপা ভমদ্রি। নোংমাদ ঈশ্বং খংহৌদনা কন্ট্রেক্টৱ অমগী ময়ুমদা লাইৱিক তাকপীরুনবা শীন্বীৱক্লে মহাক্কী মক্বপ বিজয়না। মতুদগী যংলকপা খৱতুনা পীক্লবা সংসারতু লমজিংনবা হোৎনৱি। থবক কান্নদ্রবী মমা হন্থবী, লৈশাবী ফাৱবী অঙ্গ া অমসুং পীক্লিবা মনাউ নবীন ময়াম অসিনা মাগী মপুন্সিনি। মৱণ নথমনি হায়বা কৱিস্ত লৈৱমদে। মচন অঞ্জলী থাজবা মতম হেন্দোক্লবনি। মনাউ নিপা নবীন মী অমা ওইননবা শেমগৎতবা য়াদে। মতুত্তসু নতনা মমা হন্থবী অমসুং মহাক্কগী মথক্তা লৈবা ভৈৱক্লি চাউৱবা সমস্যা ময়াম। কৱিগুম্বদসু মকোক্তা ঈ অশাব হায়গৎখিদুনা চায়ৱোল

লোনগদগী তৌরকই। তৌইগুম্বসুং অখাং কম্বগী লিংজেন্না কনখিদুনা য়াম্না লৈখা তাহম্বামক্তি ঙয়মদে।

কন্ট্রেক্টর ননীগোপালগী মচা নিপা অহন জীতেন, মেট্রিক থাগদবা ছাত্রনি। মহাক্না দমক ময়ুমদা তাকপীনবা ওঝা ওইকদ্রেনি জয়ন্ত। জীতেন্না লাইরিক্তা শুপ্পগী মমোন চদবা অভাং অমা ওইদুনা মমা-মপাগী কুপ্পা য়েংশিন্দুনা চংলকপা শরুক্তগী ঙনি মেট্রিক থাগদব ছাত্র অমা ওইনা লশিং চপ্পা ঙম্মি। অয় স্বা ওঝান মহাক্না মমোন চংদবদু উক্রগা লৌদুনা লাকপানিংখিদে। অদুবু জয়ন্তদি—মশাবু অদুগুম্লবা নায়নীবগী কোমদুদগী লাপথোক্না লৈবা ঙমখিদে।

কবিগুম্বদসু খল্লি মশাগী ফংতবা মীংচৎপু মশান মখাং থোংনা চৎতুনা থীকরবা হায়বদুরা? মরম অদুক্তগী অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং অমুক থীদনা জীতেনগা থানবা তৌরমদে।

পরীক্ষা ফল হায়দোরক্লে। "সেকেণ্ড ডিভিজনগী" মশিং চন্দুনা জীতেনসু য়াউরক্লম্মী। কয়া য়ামনা হরাউজখি জয়ন্তনা। মপুক্লিংদ মওল মওল খল্লকই---"ময়ুম চংদ্রিদ্রৈ হন্না জীতেনগী পরীক্ষা ঙম্বগী পাউ পীরুবনা ফগদরা?"

কনাবুসু হংঙমদনা চুমদ্রিং চংঙক্লগা দলানগী মথক্তা কাখংকদগী লেংনরকই। তাঞ্জা অদুমক্তদা দলান মথক্তগী ননীগোপালগী তালোয় শিংদ চল্লিবী নমিতান মীনাই অদুদা হায়রকলিবা রা অদু তারকই---"চাউবা! ওঝা লাকলবদি,

হয়েং 'ইনা লাকউ হায়খো।" অমসুং অহৈস্সু তারকখি মতৈ মন্নাউ অনিনা মহাক্কী দনক চৌন্দা পাউতানদুনা খংনবা "জয়ন্তবু তাকহল্লমদনুনা অংতাগ্গ অফবা ওবা অমা য়েংলম্মবদি জীবেন্না শোইদনা মীকোক থংনা থোরকপা ওমগনবনি।"

দলাংগী সিরিন মখো থমদুনা কাখংকে তেরম্লিবা জয়ন্ত, মংসা তইংংলা সংগুপ্ত্তুনা ভূতনা পুবা মীগুম্না উংখিদুনা লেপ্লম্মী। য়ান্না থাদোংথিরে হায়বদি খংলকখি ঈকায়খিবনা নমায় মমিং ঈচপগুক ওংংবা ময়থোংও মীনাই অদুগী মমাংদগী ভপ্পা ভপ্পা লৈথোক্লুনা লাক্লবা তাংনখি চাউব মরু ইন্নুকথদুনা লৈহৌই।

কয়া য়াম্না তাশাগী পোৎলুম পুরগা থুংলখিবনি ননীগোপালগা নুংঙাইবা শঙ্গাইনা। মহাক্না খনখিবনি পরীক্ষা চম্বগীদমক শোয়দনা ঈকায়থম্নবা উংলক্কনি, মিঠাই চাবগী নিমন্ত্রণ তৌরক্কনি অমসু, মহাক্না হরাউ হরাউ ওকপীগনি মতিক চারবনি হায়না খন্দুনা শিরকপা ননামখ। তৌইগুম্বস্সুং কদায় ?

মদুগী নুংভত ফংলক্লিবদি তাগ্নিদ্রবা বাহৈ থরাইমুং মনুদগী কয়েন্নবগী খোঙ্গেলদনি। খল্লু খল্লুরগা খোংবা য়াখিদে জয়ন্ত। মচেৎ মচেং নাইনা কায়রবা থাম্মাই লায়ুম পুদুনা শেগায়বস্তু ওহাক্কী পোৎথাকম পীবিরিবা মায়ুম তান্ন চল্লকখি থুদুক্কা।

নোংঙাল্লকলে। জয়ন্তনা মুমিৎ অদু মথম্মোইদা লিংজেল অথাব উৎনবা হোৎনখি। য়ৌখিবগা ফংফম থোকপা খরদু হায়রুগনি লেপ্লে। অদুদগী শুপ্নগী চৎখ্রোই চায়ংসি মহাক্কী অচেৎপা রাখলান। লাইশ্নবা থবক ফংবদা নিপা অমা এইরবস্থু ঈকায়খুম্নবগী ঈরাংনা চংবা ওমদ্রবা মফম অদুদা কৈদৌন্নুংদা খোংদানিংদে, অনম্নুং মীওইববু নীওইবগী মতিক চাব লৈফম পীবা ওমদবা মফমদা পুন্সিগী ওইনা মমি তাহন্নিংদে জয়ন্ত।

ননীগোপালনা মপানগী মাংগোলদা মতৈ মনাউ রারি শামিংদুনা লৌরিবৈ ভয়ন্দুনা থু লুই ফম্মু হায়দুনা ফম্লম্মী। ননীগোপালদি পাউগী চে, পুক্লিং লৈতন য়েংদুনা লৈরম্বনা নমিতান রা লৌদোরকই। মহাক্ক করেম্মা খান য়েংলক্লিবা মীৎয়েং অদু মহু কল্লবা তেঙ্গে অমাগুম থুম্না চংলম্মী জয়ন্তগী থম্মোই লায়মদা।

ওরাংগা খোকখিবা থৌদোক্কী মরিদ, থোইনা নুংনাংদুনা লৈরিবা জয়ন্তনি। মঙোন্দদি রাহৈ পুম্নমক্কা য়ংক্রবা ওইখি। অদুবু অশাউবদি অমাংবনি খল্লুবদগী মরাং হৌরক্লিবা পুক্লিং অদু ফাজিন্নবা খা চিক্কুনা কন্না হোৎনখি। করিমত্তা নুংঙাইতবা তৌদনা নমিতান হায়রকই "জয়ন্ত! নংবু ঐখোয়না য়াম্না থাজনা থম্লুবনি। তৌইঙ্খস্নুং নংগী থৌওইদবা খরদগী লোইনা ঈশিং ওনখে। মীমাংদ মায় অসি পুথোকপা ঈকায়রবনি।

নংদি লাইরবা মচানিনা থৌশাদবা উন্মী। শুপ্পগী খল্লদবনি নংনা ঐখোয়বু অসিগুম্না অৱাবদা তাহনগনি হায়বা। লাইরবনা য়েনাকখুন্নগী হৌনবী খংদবদি কৱিস্নু ওইথোক্তব নত্তে মত্নুগীদমক্তদি ঐখোয়না লাল্লবনি। লে'য়খ্রগা খল্লদুনা করি কান্ননি। অদুবু য়েংঙোই। নং ঐখোয়বু শাউবা তৌগস্নু। নংগী ফংনিংঙাই খৱদু পিৱগে তৌৱকপা কুইৱক্লবনি। তৌইগুম্বস্নুং পিল অমা লৌথোকপা ঙমদবদগী মঙং ইচাত-চাদনা অদুম্মক মলৈরে। ৱাম্নৌবা যাদে। লাক্লিবা থাগী তাং কুনগী অদুৱাইদা অমুক্তং লাক্লম্ম। মতমতুদা খরত ওইৱবস্নু পিথে'ক্লবা হোৎনগে।"

ননীগোপালনস্নু লাইরিক য়েংলম্বদগী "অচুম্ব'ন জয়ন্ত! অদুম তৌবমা ফৱগনি "হায়রম্লগা ঈমুংদা চংখিরম্মী।

জয়ন্তনা খল্লি "ননীগোপালগী লংথোক্তনা থমখিৱবা অমম্বা ডায়েৱীগী চেমায়দা লোৎতুনা লৈখিৱবা হিচাবকী ময়েক অদু মৱাইবকথীবদগী ঙসিস্নু অদুম্মক উপু মন্নুংদ তাদুনা লৈৱিগনি, অদুগুম্নবা লমায়বু নোংমতা হাংদোক্তনা যেংবগী মতম শংদ্রবনা।"

মখোইগী ৱা তাবদা মনাকোং অনিদু পোকখাইখি-গদবগুম তৌৱক্লে। মহাক্কী সংসার অদুব যেনাকখুল্লবা কন্ট্রেক্টর অমগী মকাদ লৈফম লৈতবদি কৱিস্নু অনৌবা অমা ওইথোক্লোই। মুংঙাইবা ইমুংগী মুংঙাইবা ৱাখল, অচৌবা কাংবুগী মখা খংবৰু য়েংনিংদবা হায়ৰসি

থাম্নদগী অদুম্মক চৎনরক্লবা নীতিনি। অদুগা অসিমম্তু ননীগোপালনা খ দবা নত্তে, মতুংদি জয়ন্তগী অৱামন ওইনা ফংলিবা থরদুনা মহাক্কী সংসারগী চৈঙাক ওইরি। মদুনক্তদা ঙসি হয়েং হায়দুনা লাইরবু অৱাবদগী থোইনা হেন্না রাননবগীদমক ঙৎশিন্দুনা থম্মীরিবা করিগীনো? ৎইদবা ঙাংদুনা মীৎইববু নমথাক তৌরগা লৈখা তাখিনবা হোৎনরিবা করিগীনো?

মশাগী ফংফম থোকপা থরদ্দগী অহেনবদি করিগুম্বদম্তু হায়খিদ্রি। করম্বা মওংগী ওৎ নৈবনো? য়েনাকখুন্বা খুদিংমক্লা মসিগুম্বা লমচৎ তমজদুনা অৱা মৈচাক হাপকৎলিগদবা লাইরবা খুদিংমকপু? করিগীদমক? নত্রবদি করম্বা মওংগা খুজিল্লনো?

জয়ন্তগী মশা থক-থক নিক্লকই। মীকুপ অমগী মনুংদা চাকথেকখিদুনা উৎ ওনখ্রগাদবগুম। মচিন্দগী রা ঙাংব থোক্লক্তরে। অঙাউবগা পান্দমথরে খুদক্তুদা। ঙহাক অদুগী মনুংদ মমিংতা উবা ফংলকই অহিংবা মীগী চংনা মৈমুংদা চোংশিন্দুনা ফ্রং ফ্রং চোংনা থাংব দৃশ্য।

জয়ন্তগী ওলাং ওমচাক্লবা থম্মোই অদুনা ইথংথংহৌদনা চৎলগে হায়রম্লগা হৌগতদুনা থোক্লকখি।

জয়ন্তগী মথম্মোইদা নীংশিংলখি অহে অশিং করাগী পাউতাক "পুন্সিগী খোংচত্তা খোং থাংগৎপগা অয়েৎ

অপম্বনি। মদ্‌বু নমথেক্কুনা মাং থা'ৎকদবনি। মদ্‌দতা পংখৈ ফংনগনি মীগুইবনা।" অচুম্বামক্লি থাজরকখি।

মহাক্না খল্লকই ঙসিগী তাইবং লমজাউ অসিদা লিংশিং লিংশিং কযাগী মশিং চন্দ্রনা হৈ-শিংন মগুণ লৈরবা কা'বুনা থবক মচা অমা ফংনদহুনা মকোক ঙাউনরক্লি।

অদুবু করিস্সু লৈত্রবা, উদগী ভাবমুক পংঙ্গবা, লাইরিক হৈহোদ্রবা মী অযম্বনা হী'তুনা লৈবগী ব্রাগ'ন খন্দ্রি। নোংজুনু'শা খংদনা মনিং থাংগংতুনা থবকশুরি। হুমাং মরিক কযা শিন্তরক্লিবা অদুনা থম্মোইগী ফংত্রবা লাযনা চামথোকখি। করিগুম্বদস্সু নুমিদাংগী খন্বদা, লৈহৌদবনা, ফিজি পাযহুনা যাল্লরগদবা অঙাংশিংহুগী খন্বদা, লৈকায কনাদস্সু চংক্লনিংদ অফবা থবক শুনবা হোৎনহুনা অরা মৈশা কোক্লনবা হোংনরি। অদুগা মহাক্লম্না লাইরিক হৈরবা নিপা অমনা চিন্না পোৎলুপুহুনা চেন চোংনা খাংবদি যাম্নগী ঈকায়খুম্নফম্নি।

রেলগাড়ীগী কাচিন অমদা ফমহুনা রাখল তৌরিঙৈ খোদোক অমা খংনিং নিংশিংলকখি। থোদোক অদু আগ্রাদ থোকখিবনি। তাজমহলগী মীং থক্রবা দশ্য য়েংলিঙৈ উখিবনি।

ভারতকী নিপা অমনা চুকট যাউদ্রবা উপু অমা তাজমহলগী মুংঙৌ মথক্তা থাদরকখি। খুদক অদুদা

আমেরিকাদগী য়েংবা লাক্লিবা নিপা অমনা উরদুনা থুনগংলগ লংথোকখিরমনাইদা হায়রকখি "ইউ আর এন ইণ্ডিয়ান ; ব'ট আই এম নট।" চাথোকখিগদবাগুম য়েলকখিবা মহাক্কী মূর্তি অদু হৌজিকসু কাউথোকপা ঙমদ্রবা অয়ন্ত, নিংশিংলগা তু-চংলক্লি।

মশা মশাগী মপোৎ মচৈ মশক খংদ্রবা, মমল থম্বা ঙমদ্রবা ভারত মচান করম্নবু দেশকী চৈথাক ওইদুনা লায়পাকপগী পচেং ফীরাল থেংলকখিগদগে ? মচীঞ্জাক্কী অরাংপনা লমলোং ফাংলবা লমজাউ অমাগুম মূর্তি লৌদুনা সনস্যা অসিগী য়েংশিন্না ঙমদ্রবা দেশ অদুদা করম্বা মওংগী রাজংনবু অচুম চুমদগী রায়েল পিবা ঙমগদগে ?

অম্মম্না মওল মওলগী রাখলনা থুমহৎলক্তুনা নোয়র -নোয়রগা শান্নরিবৈ মখাদগী কুলি অমনা "বাবু কুলি নাথো ভাগদরা" হায়না লাউবা তারকই। খংপ্রক খংনা যংথোকখিবদা গোহাটী ষ্টেশন ওইরম্লে। য়োম্রয়ে খংলদুনা তপ্পা তপ্পা কুমথরগা প্লেটফোর্মগী ময়াম নরক্তা মহাক্কী মশাস্থ যাউহম্ননবা হোৎনরকখি।

— * ঃ * —

# লৈচিন নোংফাই মরক্তা

অফিচতা ফংথবতা মঙাযরি। পিযন্না চিঠি অমা পুরকতুনা পীরি। এনাভলাপকী মথক্তা যাটবিনা "রাজেন" হায়বা মীং অতু উবামক্তদা পানিংমনখিদুনা হাংদোক্লগা যেংলুই ——

নীলু ——।

ঐ রাজেননি। অচাং ওইরিঙ তুরেল খোংবান্দ লৈঙোযগী যুরা দলাল কযা শাতুনা নীতিগী লেম্মীনখিবা। ঈচেলগী ঈথিলনা ঈহৌরকপদা লোইনা থুগাযতুন তাউখী-বদো উরগা নংনা হায়খিবদায — "রাজেন। ঐদি ঈচেল অসিবু মুংশিদেবো। মাদি মনিং তম্মী মীগী অরাবা খংবীদে"।

মতুগী রাহৈশিংতু ঙসি ঐগী লুন্সি বসন্ত মতমসিদা নিংশিংলক্লে। ঈচেলগী থন্নুংদা মতুদগী হেল্লবা স্মৃতি কযা লোৎলিগনি। মতু মাদি পুক্রিং চেৎপা অমা ওইবনা কনাদস্ত যোংদোক্ত। বর্ষা ঋতু যৌবকপদা মমিৎ উইশি-ন্দৃনা চেন্তরগা সমদ্রগী ঈপাক ঈরৈতম্না নমথেক্তুন অতুম্যক

চৎখি। মতুগী শাক্পা ফংলব তাইবংগী অৱা অমা পংতুনস্থ খংশিন্নদে।

নংদি কাউৱৱিগনি। মতুগী শান্নবদা স্থনীত কৌবী নুপী মচা অমা যাউৱম্মী। চাকখোংবী শান্নবদা ঐখোয় অনিবু মৌ অমস্থং চামান শাহন্দুনা লুহোংবীখি। মতুগী লুহোংবতু মতমতুদদি খ লুদবনা থোইনা ঈকায়ৱমদে। নোংমদি শোইদনা স্তৱা-মৈশা নংলকনি খল্লমদে। যৌবনগা ঈপাক অসদা ৱাখলগী ৱাকযৈ তোংহুনা চাউমীন্নৱক্লবা মতমসিদদি নুংঙাইবা লোইখিবতু খল্লুবগা কল্লকই।

পুম্বোম চাউৱকপদা নংদি ইরৈবাক থাদোক্লুনা চংখ বান। ঐখোই অনিগী পুন্সিদি পীক্লিভৈগী থৌদোক্তা থৱাই হাপ্পবা হোৎনকই। অপাম মুংশিগী উইৱবা থৌৱিনা থম্মোই অনিবু চেৎনা পুৱীখি ভৎভনবগী। মুংশিবগী চং অতুক্কী মতিক হেনগৎলম্মী।

১৯৬২ গী পাংগল মৱাং হৌৱকপদা খাংব ৱাৱহুনা পোক্লফ. লমদম সিলেট থাদোক্লল্লগা আসামদা চেল্লকপনি।

স্থনিতাদি পলেম পম্মৌন য়াদবনিনা অতুম লৈহৌৱে। নুংশি পুংশি কাঈনাহৌৱে। অনিথোক্লা চীংথায়ৱবা থম্মোই পুৱগা নংগুম্না ঐস্থ লাক্লবনি। লাক্লমদাইদা মঙোন্দা পাউমেল্লম্মী “স্থনি! হয়েং ঐনা থবক মচা অমা তৌহুনা থম্মোই কয়াগী মচাক ঈৱোমদোম্না হুবা ঙল্লবা

মতমদা শোইদনা লৌরগনি। নংনা তশেংনা ন্নংশিবামক্তা ওইরবদি মতম অদু ফাউবাতং ঙাইরম্মু। নংনদি খল্লম্বা যাই লাপ্পা লৈখ্রগা, অনৌ অপেনগী ফজবা উরগা, মচুগী কপতা তথকখিদ্রনা কাউংথোক্কনি। অদ্রনা রাশক্রনা হায়রিবাসিনি নংবু পুন্সিদা করিগুম্বদস্ত থাংগোক্লোয়।"

তুফক তুফাই চল্লবা মশাদ্র য়াম্না শোন্থনা উরম্মী। অদ্রম্মকপু থাদোক্লমদবা য়াদবা মতাং শইখিংনা ঐদি খ্বাংনিংদদ্রনস্ত লাকপা তাখি।

মরক মরক্তা চিঠি কযা পীরকই। ১৯৭১ চনগী মে তাং তরাদ বি, এ, পরীক্ষা পীগনি হ য়রকই। মদ্রগী পাইখ্রমদা হন্না হন্না থংগৎতুনা হায়খি "পরীক্ষা ঙম্মনবা কন্না হোংলনৌ। লেংয়বগা লৌরনি।"

এপ্রিলগী তাং মঙাদ রেজিষ্ট্রী চিঠি অমা ফংলম্মী। মযেক অদু শক খংবা ঙম্মদে। শেৎহৎলগা চিঠি অনিথক য়াউরম্বদু লৌথোক্লে। সুনিতাগী চিঠিদু পানিংতুনা হান্ন যংলুই। উবামক্তুদা কোক ঙাউখি। রাখলনা লামবা ফ দ্রবাং থোংদোকনি। পুন্সিদা অসিগুম্বা পাউ অমুক্তা তাখিদ্রি। তাগনি হায়বস্ত খল্লুদে। মযেক লান হেক্লিবা রারোলশিংদো থম্মোইমুংদা লোৎতুনা থমখিবা মংশি মাগী প্রতিমাদ অচুম্বরা হংলুই। অদুবু পাউখুম পিবা ঙমখিদে।

চিঠি অদু লোইরবামক্তুদা মরোল খংদবাগুম চীংনতুনা হন্না হন্না পানিংলম্মী। মীৎলুদগী শিন্থরকপা তরং লাইজান

চেনা অদু পুমচোৎ চোৎখি।

পুন্সিদা অমুক উম্নৱোই খৱদা থাম্মোই পুবা যাখিদে। চিঠিদা ইরকপা ৱাহৈ পুম্নমক অমতা চিৎথদনা তম্নবনি তানিংদ্রবস্থ মক্কপনি খন্দূনা মীকুপ খরতদি ৱাবিষু।

অহাৱগী চিঠি অসি স্থনিতান ইরকপ'দুনি— সুংশিজরবা থাম্মাইগী মণি— ।

পুন্সিগী য়াহিপ তাম্নমদাই মতমসিদা লাপ্পা লৈখিবনা পাউমেন্নৱমদবে । অতিযাদ থোক্লিবা থাক্ত ইতমবাক্তা পম্লি'লুবনি অদুবু নোংদস্বদি মীন্নুংশি খংদ্রবা অমা ওইৱম্বনা খঙ্গবতা মঙাযখি।

নংদি মীৎয়েং ৱাংমদা লৈখিবনিনা পাঙ্গল শোল্লবীগী সবাবদ লেংবাংগ ঙমদে। মতুগীদমক করিমনা বারোদ [illegible]ল চংলব থাম্মাই অতুগা ৱাব্বনি অতুস্থ মীকুপ খরগী মতুংদদি খন্না চম্ন ৱাই।

শাদান্নবা শা হাংলগা মনিং ফংই— শিকাবী। লান্মীনা [illegible] হাৎলবদি বীবনি মতুগী বীবত্ব ঐদি নংগী যাথ ফংদবনা কযাগী মতিক হোৎনকুবদা ঙমদে।

পুন্সি অসি চাউরবা লানফম্নি । মতু ঐনদি লাম্বা চমহৌদ্রে । করম্না ননাক্তা লাক্কনি । নংদি পরীক্ষাগী লোইবা ঙাযরকপাদস্থ যাম্না ৱাবম্নিগনি। করমদি তৌগনি ঐগী ৱাখলনা অশেংবা মক্তা ওইৱম্লবদি থৱাই কযাগী চাক্ত ফমদা নংতবু ঙায়দুনা লৈরমগনি। মতমদুদা ননিং তম্বীযু

ঐগীনি হায়বা কনা হৈংহুনা লৈখিদ্রবদা লমন থুম্লিংবনা তিক্রি হৎলকই। থৌজালহৈবনা খংলদুনা ময়োলফংনা চীকথৎলকই। খুদক্কা ঐগী লৈয়েং ফাইরকখি।

লৈহৌরাকো মুংশিবা! পুন্সিবু মাংজোননা কেম্ল তমখিবনা মুংশি নকা য়ৌদ্রিবৈ নোক্লা নোক্লা য়েক্লা লানফমদা পুন্সি য়াহিপ তাল্লে।

লাপ্পা বিদায় পৌজগে। থরাইনা শান্তি ফংনবা চীংনবা লৈতনা পীনবিয়ুকো। বি—দা-য়।

নংগী মরাইবকথীবগী
"সুনীতা"
সিলেট লানফম।

মুংঙাইত মুংঙাইত মরাং হৌরবা মীহুনশিং ফাজিন্দুনা মথংগী খংঙমদ্রবা চিঠি অদুমুক হাংদোক্লুই পুক্লিংদদি শুপ্পগা পানিংখিদ্রবনি। অদুবু নৌংঙম্মক্কবাদগী পাদবা য়াদবগুম য়েংলুই।

শাউনিংলবরা মকপ! নংগী মমল চংলবা মতম মাংহল্লি হায়দুনা। করমদি তৌগনি ঈরাইবক্কানি। পুক্লিংগী অরা-মৈশা কনাগুম্বা থংগথা অমদা তম্লবদি থরতসু কোকই হায়নৈ। নংদি মতুগুম্বা অখংবা মী অমা ওইবদগী তম্লিংহুনা তৌবনি। ঙহাক্কগা পোৎথাবীয়ু। লোইগদবা পংয়াম য়ামদ্রে

শক খংজদ্রিবা তামো—

তামো হায়না মীংগোই হায়হনা ব্রাব্রোবীয়। লৈখিদ্রবা ইবুংমক্কি খন্দূনা কৌজবনি। স্নিতান থব্রাইগা হকচাংগা খ্বাই-ব্রমদাই চিঠি অমা ইহুনা শিন্নরম্মী। মদুবু তামোগী মফমদা য়োৎহন্নিংবদগী তৌরুবনি।

কনা লৈজদ্রবী পুন্সিসে স্নীতাবু ফংনবদা ৬মথৈ লৈতনা মক্বা লামখি। এন সি. সিদস্থ চংমিন্নবনি। কেম্পিং লে'ইবগা চাযাম পোকপী ইমাগী মীকপ তাব্রকই। লৈব্রাং পান্দোং ফাব্রবা ঐখোইনা মদুগী মতিক চাব লমন শিংনিংহনা মীব্রমলেন্দা তাংলিবী অপোকপীবু কন্ননবা ব্রাশক্লখি।

পরীক্ষা থাবগী মতম য়াম্না ব্রাৎলম্মী। মথা ব্রোমদগী পাগল তেংগোল কযা লাক্কুনা মার্চকী তাং কুনমঙাদ ঢাকা সহব্র থুগায়কই। চাউব্র চ'উব্রবা সহব্র মথং মনাউ নাইনা মনিং মথা তম্লগা বোম থাদহনা মৈ থাব্রকই। ইউনিভারসিটিগী হোষ্টেলদা লৈব্রিগা ছাত্র-ছাত্রী কয়া তুম্লিদৈ কাপথাম্নকই। কয়ান হুরান্দ্রনা পুখি। মদুগা মশিং লৈতে থব্রোই মহী মান্ন চেল্লস্বা তুরেলগী ঈশিং ঈখেংনা ঙাংখিহনা থকপা যাব্রক্কে। পুন্নম নমগা অশিবা কয়া সোরোক য়াংবিথক্তা তাহুনা উতুপ পৈবগুম মব্রোল মব্রোম লোল্লকই। অঙাংগী মাকপকী মহুত্তা অশিবগী প্রেতাত্মান ওন থোয়না কল্লকই। ময়েক শেংলগা অতিয়া বোম তোপকী মৈখুনা কুংলবা নাংগুম কুপখিহনা মীপুমগী থম্মোইদা করিমুংগীনো হায়বা

লল্লাউনা নীল্লকই। সিফাই কয়াগী মতু মচা, লাঙ্গাত্রবা কয়াগী মথল্লাই, খংনা খংনা নোংমৈগী মমাংদ ল্লাম্বতুনা তাখ্রবনি—পুন্সিগী ওইনা। মতুগী মরম লৈতে, মতুগী চৈল্লাক থমদ। মণিং কোমথহম্বনা মখোইগী লাল্লোং ওইরম্মী। খুঙ্গং খুঙ্গং কোইনা চৎতুনা যুম মৈ থারকই। চাব থকপা খংদনা থল্লই কন্ননবা হোৎনবদা মল্লেবাক থাদোক্নুনা চেন্না কযা য়াটখ্রবনি।

লানফমনি ইমা লৈবাক। হকচাং কয়াগী মোংফম ওইরবনি। শত্রুদকী নিশান থাংগৎতুনা ঐ লৈবি হায়না ওল্লুংদা ডুং ডুং ডংসকখি। মতমদুদা স্থনীতা ঐখোই অনিনক সিপলটকী কেম্পতা চৎতুনা লেংবাংনবগী মীং চল্লে।

নোংমৈ যাউরে হকচাংদ। যেক্লবা চাংদম্নবদা অকিবা ফংডক্তুরে। থম্মোইদা অনৌব ঈপোম অমা লাক্লুনা মী হাংপা কিরক্তুরে। য়েক্লবগী ঈ খুজোক খুজোক লৌরগা নরাই কথীরবা চায়াম পোকপীগী খুয়াদ কৎনিংলে।

নোংমা অহিং অথেংবনি। খংহৌদনা বোম-তোপকী নখোলনা ক্লবোক পোকপাগুম নীন খোংলকই। ঐখোই লোইনা মাগী মাগী ফীজেৎ লৈতে-তুনা মতিক চাব খুৎলায় খোংনল্লে।

খুদক্কুদ তমথিল্লবা গুলি খরা পায়রক্কুনা স্থনীতাগী মপান্সাম অমস্থং খুবোমশাদ য়েক্লবা হু ওইরে। ঈথেংনা চোংলকখি মশাপুম্বা। ইংখিগনি অমুক খন্দ্রমাল্লে—চেজেৎ

অমা লোথোক্লগা পীরাং তরং তরং শিন্থনা ইরগা পীরম্মী। মানা পাউমেল্লম্মী—"অন্থ। নংবু ঙসিদি থাদোক্ক্না চৎপা তাবে। ব্রারৌগম্নকো। নংনা মকপনি খল্লবদি চিঠি অসে খরা যৌখিনবা হোৎনবীয়। মকপকী লমনদি পুন্সিসিদা শিংবা অমুক ঙম্ররোই। নোক্লা নোক্লা থাদোক্লসি।

ন্থংশি মহাক্তি কযাগী মতিক খোরাংনা ডায়রিগনি লাকখিনি খন্দৃনা ·· ·।" পোইফাভ্ৰুনা ব্রান্থখি। কযারক কৌবদা পুন্সিগী যাহিপ ভাল্লম্বনা অমুক্লস্থ খুয়কখিদে। যকবগী লান্মীনা কোইশিনখ্নদা থবাই য়াউদ্রবা হকচাংড় খনম্লগা চৎপা তারম্মী।

পুং অনিরোমগী মতৃদমী লৈতবাগুম ঈচিক চীক্লম্মী। এতমভূদদি থিবদা অমুক ফংখিদরে। মকপকী থরাইনা শান্তিগী লমদম যৌখিনবা নীতিগী ঈরাৎলিবনি। খংবা ডমদে—করি মুমিৎ ঐগী পুন্সিগী মুমিৎস্থ চাযরগবা? অদুম্নদি ওইরগা নংহনগনিদি ওইথোক্লবনি। খোইনা অমুক মথা শমদনিংদরে। ব্রারৌবিগম্ন। ইমা লৈবাক্লা মায়থুম হাদোক্লনবগাদমক পুক্নিদ চেৎনা নীংবিয়ু। পোৎথাজরে—।

শক খংদ্রবী নচল
"অনুপমা"

অমম্বদা ঙসাইমখৈ লৈকৰগুম খল্লুরিবা থম্মোই মীকপ থোক্লকখি। অৰ'বগী মরক্তা তমথিরবা মীনোক অমনা থম্মোইবু নূংমুক কলংনখ্রে।

পাখ্রাশিংদ চল্লবা পুন্সিনি। মদুগী করিমত্তা থোশাকদে। অদুবু মাগী মল্লুৎ কনাগুম্বা অমনা পুন্সিদা মথৌ তায হায়বস্তু খল্লুদ্রে। মহাক্কী মথল্লাইনা পাম্লিবা শান্তিগী মফম অদু থীদুনা কোইনা চৎলিবনি। অৰা মুংঙাই লোইনা কাউথোকখ্রবনি — খল্লদুনা মতম মাংহন্দনবা। সংসার অমা লৈব্রি হায়বা খন্দ্রবদি থম্মোইনা ঘডীগুম্লবা মীহুন কযান পূংজা শুদ্রি ঙাযবদগী মালং ঈপোমদা ঙংলক্লিবা মুংশি মাগী থম্মোইগী মুর নীংথিনা তারি।

অতিয়াথক্কী লৈচিন নোংফাই মরক্তা মাগী চেংলো উবা ফংই কবিগুম্বদস্তু। মদুগী মুংঙাইবদুদা থৱাই হকচাং লোইনা পুথোক্তুন যেংলিবনি।

নহাক্কী—
"রাজেন"

চিঠি পাব লোইফাংত্রিডৈদা পিয়ন্না ইনাক্তা চংঙক্তুনা হায়রকই— "বাবু! সাহেবনা অমুক্কং।" পরপ পরপ চংনবা হোংনরম্মী।

———*———

# খাংউথক্নী শীঙেল নাচোম

“পুন্সিগী ঈচেলনা কনাগুম্বগী হীরেন ঘাটতা থাংবী, কনাগুম্বগী চীঙ্লক নাবক মথাদ অমস্তুং কনাগুম্বগীনা পুন্সি রাকথৈদ্রু ঈবৈদা পুশন্দুনা, শিংসিং নানিংদ্রিবা থবাইবু লমখাংদা লুপশিন্দুনা থম্বী। পুন্সি সমদ্রু—মাগী মপান নাইদে, লৈপাক শক্তা তাদে।”

জীবন অমস্তুং লনং, মীনোক চাউরবা সমাজগী কাচিন্দা অথাং কন্বা থাম্মোই পুদুনা মা থান চখংলি।

“তুংশিগনি খংলিবা মীওইনা, মীওইববু মতিক চান থম্বগীদমক মাংদ লেপ্পরিবা লিশিং কযাগী খুদোংথিববু মথন্তুনা লাম্মেংনগদগী থাম্মোই শোক্লা রারেপ্পা ঙম্লিবা মহাক অদুনা করিগুম্বদা ফৎলম্মোইদি অরেম্বনি’---সতান খল্লি।

মসি নবু লাইরবনি খংনা মুংশিকবদগী অবা নুংঙাই খুদিংদ শরুক য়াবি, পুন্সিগী খোংলোয় ওইরি। পীক্লা মমা কাঙৈনখ্রবী লতা, মপাগী মীৎয়েং খাদ মচিন্বান্দগী খোয়াং মনম কোকখিদুনা যৌবনগী কল্লবা খোংচৎ তমজখি। মমা অতোন্বীবু কিকবদগী মুংশিজরবা মপাবুস্থ লাপথোক্লবা

হোৎনজৈ। নুপীনা ময়ুম পানথ্রবদা মপাম হায়ব স লৈফম নত্তে হায়বা কাউরমদে।

য়েনাকথ্নবগী কুলদা পোক্লকপনি। মরল নৎলমদবনা লাইরবগী নাক্তা শাইদাংলরে। নোংঙাম্বদগী রান নোম্মুরগা মপুরোইবনা পুশিল্লক্লিশা খরহুনা লেন্নবা হোৎনরম্মী। লৈকায় কনাগী থোংজিন্দা থুম খরগীদমক থম্মোই ময়েং তাহল্লমদে। মীওইবনা মশাগী লংজকুবা পাপ কুপশিন্দুনা থম্লনবগীদমক পৃথিবীদা ওইদবা ঙাংননবগী মক হুল্লি। লতা মতুদগীসু য়াম্না লাপথোক্লা লৈরম্মী।

লতাগী পুন্সি মতম্বাক্তা জীবন্না নুংশিবা করিনো খংলি নুপী ওইবীগী কল্লবা শেমগৎ শাগৎনবগী ইন্তন মশক খংলি, অমসুং খংবা ঙম্মি মহাক কযান্না শোল্লক্লিবা, কযান্না পাঙ্গল থোক্লক্লিবা।

মশক খংদ্রবা ফংত্রবা চিন্তা, ফংত্রবা রাখলনা পুক্লিংবু ফাজিন্দুনা থম্বা মতমদা থম্মোইগী রাশিংদু ফোংননবগী মতিক চাব থাজগগা তাবিনবগী মথৌ তায়। মতুম্মক ফংজবদা হরাউজরি। অরা অনা কয়াদগী নাম্তোক্তুনা মাং থাব ঙম্মি।

জীবন অমসুং লতাগী প্রেম, বসন্তগী নারক্তা শাৎপী লৈরাংগুম্না করিগুম্বদসু অহন ওইখিদ্রি অমসুং ওইররোই। মথোয় অনিগী মমোন মশা খপুনা পায়রিবা লংজাগুম্না অতিয়াদ তাউহুনা লৈ—লৈপাকলৈমাদগী য়াম্না রাংনা।

অক্ষা-অপুন, নীতি নিয়ম পুন্নামক্কী মথক্তা থম্মেই য়াখলনা নীতিগী শান্নয়িবনি। তংথোংলবা চিয়ান্দা যাউরি— মীয়ুংশি খংলবা পুকচেল, থম্মোইদা কোংনি অয়াম খোয়াংবা অমসুং অথাং কন্নগী মরিংজেল। মতুংগী পাম্বৈদা কপ্লি নোক্নি— নীতিগী।

চাকরীগী কৈথেলদা মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা ময়োশিং লৈতুনসু মমল লৈত্রবনা থবক মচা অমা পায়থংক-দবসু জীবনগী পুন্সিদা য়াম্না খুদোং চায়মদে।

নোংমদি মমা ওইনবা খঙনি মুপী ওইবীগী চাউরবা লাইথুং কোক্নবনি খংলতুনা জীবন্না লতাগী অশোপ্পা য়াখল অদুবু কোক্নবা মনিং থুংহল্লে। চরা কয়া হেন্দুনসু মুপী ওইবীনা মতম্বাক্তা মচা অমতংবু পমজবা ঙম্বা হায়বসি মুংঙাইবগী চংয়োবা থাক্নি।

পুন্সিগী মশিং লৈতনা মংলান ওইরম্বদগী ফংখ্রবা অহিংনি, পুন্সিগী মশিং লৈতনা হৌখ্রবা অহিং কয়াদগী ফংঙক্রবা মংতাক্নি— লননি। য়ান থবক শুরুয়বসু মচাগী মায়থোং উয়না লোইনা কাউথোকপা ঙম্নি।

অসুম্না নোংম নোংমা হৌখিদুনা তমম্বা ঙায়জরিবা শরৎ অহুমশুরা চহীগী লাইরিক শিল্লক্লে। তাঙা অহুমক্তদা জীবনগী থবাইনা নৌনা শেমগৎচয়ক্লিবা লাঈরা খাংপোক-শংদগী য়াম্না লাপ্পা লৈখিনবা খংহৌদনা অনা লাইকয়রকখি।

ন্যংশিরবা মতু মচা কাউথোকহন্দূনা তমথিরবা লমজিংবনা খুজেং পাযতুনা চিংবা হৌরকই ।

পুন্সিগী নুমিৎনা চাইরক্লবদা চেন্দুনা লোৎতুনা হীংবদি ওইথোক্লবনি । থম্মোই মৈরাদ মচাক হুণ্বা ওম্লক্লবদা মথন্তা মুৎথরকপদি শোইদ্রবনি। লতান হিদাক পিজনবা লৌথোকপা চংখিদ্রৈ পুন্সিগী পাংলক্লরোইদবা মং ৎ অনি অদু উইশিনখিরম্মী। থম্মোই শোক্লবা খোঙ্গেলনা কপ্লদুনা কান্নররোইদবা অদুম্বু কুমগী নোংদা খাক লাউরগা পৃথি ফুক্কে থৌরাংবগুম হাংথ হাযথদুনা তেংথারবই। নহানমখৈ চাদ-থক্লবসু মপুরোইবনা মনাক্তা লৈবনিনা শিরোয নারোইদবোয় খল্লম্মী, ওসিদি মচেৎ মচেৎ নাইন কাঙ্গখবা থম্মোই পুদুনা ফদি-ফরা মরক্তা য়াওল্লক্লে । চাব-থকপা লোইনা কাউথোকখরে। থরাইগী ফোংবা ওমদ্রবা লাঙ্গনাগী করিগুম্বদা মরোল লৈতে। মদুগী দমক মহাক অদু পুন্সিগী মেশা লাংলবনি ।

মশা নাম তেকখবা উচেক্লম্ববী লতা, মপান মযুমদা পুগদগী থেম্বা য়াখিদ্রবদা করিম্নুংগী থোক্লরিবনো খন্দুনা মীৎলু ঈরা কংদনা হনগ্রবনি। নুং শররা মশুগী ইপুবোক হ যনা কৌব খোঙ্গেল অদুতবু থম্মোইগী শিদ-হিদাক ওইনবা লোৎতুনা পুখবনি। পাঙ্গল অমসুং লল্লা তাইবংগী অশেংবা থম্মোই লৈবা ফংদে হায়বা পুকচেল চাউরবী লতাদগী নীংথিনা তমজখবনি।

লতা—মরাইবকথীরবী, মুংশিবগী সাক্ষী ওইনা থনম্লিবা শরৎপু, অরেম্বদা মাংহন্নিংদবনা লাইরিক তমহণ্বদি তোকহল্লমদে।

নোংম নোংমা হৌখিহুনা শরৎ, মঙাশুবা চহীগী লাইরিক শিল্লক্লে। লতাগী ফীভমস্থ অহুক্কীমতিক খুদোং চারক্করে। লৈকায়দা চৎতুনা ফৌস্থ লংজরুরগা ফংঙকপা খরহুনা হী ননবগী পান্থে ওইহুনা পুন্সিগী চৈঙাক ওইরক্লে। অহুযৌন রাখ্রামক্কদা মপান হায়বা ইন্দ্রি। বিধিগী নোংদম কনানখংনগনি। মনিং মথা তম্না মীওইববু লাক্লবা ঙম্মী।

চার নাম হেন্দূনস্থ মচাগী রাজখ্রবী লতা, মশা ঙম্লক্ক্রহুনা ফৌস্থ লংজরুবা ঙমশিল্লক্করে। মহুতস্থ নত্তনা মচাবুস্থ পীজগনি খংঙক্করে। চার নাম রাংলিঙৈদদি শরৎ—হরাউ হরাউ মমাগী য়াথং ইন্দূনা লাইরিক তম্বা চৎলম্মী। অহুবু মতোয়না চাশিল্লক্ক্রবাহুদদি লশিংগুম থোৎলিবা থম্মোইহু পুবা ঙমদ্রহুনা চৎলু হায়বা য়ারক্করে।

লতা—মহুস্থ খংদবা নত্তে। অহুমক্কদা হল্লকপগা চান্নবা কয়াগী থেমহুনা হোৎনরকই। হন্দকমুক্তি শুপ্নগী ময়াখিদ্রে। পাঙ্গল শোল্লবী লতা—মপুক্লিংদদি কপচা, চীম্বানথোংদদি অশাউবা উৎতুনা ফুগদগী তৌশিন্নরগা অকিবা পীরকই।

মৈতৈ চনুবা—চাদবদগী খোয়না লৈনা পুরবী মচাবু মুংশিদবা নত্তে। মী অমা ওইহল্লিংলুবদগী নোংমা চৎহৌত্রগা কয়াগী মতিক খুদোংচারক্লোই খল্লুবদা লাইরিক তম্বা চৎহঘা পামখিবনি।

শরৎ---নমাগী অশাউবা মূর্ত্তিদো উবদা কিবহুনা মীৎলুদগী শিন্থরক্লিবা তরুং লাঙ্গজা ফুরিৎ মচিনা তৈথোক্লগা লাইরিক নাকন্দা য়েপ্তুনা স্কুল তাম চৎখি। মচাবু করি খোক্লরগবা রাজরবী লতাস্থ খোঙ্গাল ফাউবা মতুং ইন্নরগা উরিবামখৈ য়েংলম্মী। মচাগী থাংনিংদবোয় থাংলিবা খোংথাংগী মশিং থিরম্মী।

নীতিগীদি শরৎ তুংহন্না য়েংল য়েংলহুনা চৎখি অদুবু ঙসিদি মমা ফাউবা হন্না যেংনিংখিদ্রমাল্লে। লম্বেলগী থেকচিপ্পদা চংখিহুনা উদ্রবদা---লতা মথরাই মুংঙাইতনা মমুম চংঙকই। পুঙমদ্রবা থম্মোই অকন অরি শিংনহুনা লৈকায়দা থবক শুবা চৎলম্মী। পিজদবা য়াররোই হায়বা ঙসিদি নীংথিনা খংখ্রবনি। রান ফংঙক্লিবা খরহুনা মচা লাকপগা চামিন্নবা চৌত্রি ওইনা খোংহুনা থল্লে। অরা মুংঙাই কয়াদ শরুক য়াবিরিবা মীৎলু ঈরা ঙমজবামখৈ মপুম থিৎনা শিন্থনবা হোৎনরক্লি। রাম্না খৌরাংন ঙায়রম্লীবী লতা, ঈমুংদামুক চঙ মপান্দ অমুক থোক মথরাই মুংঙাইতনা মচাগী লাকপা য়েংহুনা লম্বীরোমদা মমিৎ অনি থম্লম্মী।

শরৎ—হায়রং হায়রং লাক্লুনা লাইরিক তম্ফম শং য়ৌরকখি। লাইরিক তম্বা হৌগৎলম্লে। ওঝান চৈরাক্লি হায়দুনা হয়েংমখৈ ঙস্তা লাক্লবা মতোং য়াওদ্রবা মশাদুদা অনি-মরিদং ফুবিরকখি। শরৎতি চৈনাখোল অদুবু লৌদবা য়াখিদবনা কয়াগী মতিক য়ান খাংজখি। অমবা ফুরিৎ অদুস্থ চৈগী চৈদোম্না ফংবদা শেগায়বিরক্লে। শরৎ মমিত্তগী মপী তাহনগনি খনখিদরে। মমায় মমিৎ ঈচপমুক ঙাংলকখি। অলোয়বগী মতম য়ৌরকপনা ঈখেং ময়াম্না কিরদুনা য়াত্তারবা হৌখ্রমাল্লে।

অরা মৈচাক্লা লমহেন্দুনা খাংননবগী শম্বন য়াংমা লাম্লা চৎখ্রবদি চৈনাখোল খংনদ্রনে? কপ্লুহনা মায়থীবা হেনগৎনবনি খন্দুনা কপ্লিংখিদ্রবরা? শরৎ য়াম্লা য়ান মাগী মফমদা চংদুনা ফমথখি। ডেক্সতা মরাইবক থম্লগা নোস্থদুনা লৈথোকখি। ময়াম্নদি মাবু কপ্লিবোয় মখন্নরম্মী। তৌই-গুম্বস্নং শরৎকী আম্মাদি মমান য়াম্লা পামজখিবা অদুতবু মনিং থুংহনখিগদগী তাঞ্জা ঙায়রম্লিবা ওইরম্লে। মাগী মফমদুদা নীংথিনা অমুক্তদি ফমহম্নিংলম্বোইদো। কুইরপ্লা নোম্বনা লৈরকখিবা ওঝানা খংঙক্লে। অঙাং অমদা পারা পাহল্লম্বদগী শরৎতা পানবা হায়রকই। শরৎতি লাইরিক মকস্থ হাংদোক্লমদে। মদুস্থ ওঝাহনা খংদবা নত্তে। থৌশাদহনা তৌরিবনি খন্দূনা চাং য়েংলকপনি। অমুক অনিরক হায়বামক্তদা তাশিল্লক্ত্রবাদুদদি লমহেল্লে হায়দুনা মশম খরা

পাযদুনা চী খৎলকই। থরাই য়াউদ্রবা হকচাংগী ঙৌথাংনরবা মাযথোংদু মমিৎ অনি এইশিন্দনা লেকথরকখি। মতৌদুদা ওঝাদু মীপাইখিদুনা মকোক্কী মশম চপ-চপ যুংঙকখি।

হেড পণ্ডিতদা তাকখরে। ওঝা ময়াম মথং মথং লাক্লে। ডাক্তর কৌহল্লুই। সিশিং লিশিংগী মথরাই কল্বা ঙম্লবস্তু ঙসিদি শরৎকী পিক্লবা মথরই অদুগাদ যাররেই হায়না মঙক হাযরকই। চাদবনা লৈনাগী মক ওইবা মরমনি খংনরক্লনদা নুংঙাইতনা শোম্লখি মমা নীংখৎবা শরৎকী মথরইনা মমাবুস্তু অমুক ঙাযখিগনি খনখিদ্রবোইদো। অমুক্তা থোকখিদ্রিবা থোদোক ওইবনা ওবাশিংদু কিন্নরম্মী। ডাক্তর হনখিরম্মী। শরৎকী মশা ঙমহৌদে হাযদুনা মমাদ পাউ শিহনখি। অনকপগী অনি মরি মথং মথং তাম্লদুনা লক্লরকপনা মফমদু থল্লক্লে। ফুদোরবগা ওঝাদু মহাক্লরা খন্বদা মৈথক্তা ফম্বাগুমখ্বনি।

ওঝাদি অঙাংশিংগী মপানি, রায়েল পীনবদি, জ্ঞানগী মৈরানি। অযুক্তগী লাউ খোংদুনা তাক্লস্তু তাবিনিংদ্রবা অঙাংনা মতাবীখিদ্রবদা ওঝাদো ফংতবা শিংদা চল্লকই। মাযথীবা ফংদকই। অস্তুকুইবা রায়েল পিবদা মাযথীবা ফখিদ্রবস্তু ঙসিদি চপচান খুদোংখিরে। ফংত্রবা ঈকায় থৌরীনা লেংদনা পুন্দনা থমখ্বনি রাবিনগদগী, রাথোকদগী।

ফম্লিবা খরদুনা তুমিন তুমিন রাকোয় শুদুনা ওঝাদু মীহাৎপনিস্তু হায়রিবা যাউরক্লি। লাইবক্তা তমখিবা

হায়বাসিস্থ অকন্বা থৌদোক অমনি। মন্নাগী অকম্বা য়াংং লৈখা তাহন্নিংদতুনা ফীগাউ শান য়াতুনা প্নরক্লম্মীবা শরং—মরাল লৈত্রবা ওঝাদ থ্দি থিহল্লম্মে। মযমদগী থোরকপদনা মমাদগী অরোয়বা বিদায় লৌরকপদো কনানস্থ খংনরমদে। লাইবকথীরবী মমানস্থ থাজগুম নীতিগী য়েংলগা হরাউজ্জরিবা মচাবু অস্থম থোকনি খংলমদবনা য়ারকপনি। নত্রবদি মথাদগী মীকুপ অমতা থাদে'ক্লম্লোই।

শরৎকী মথরাইনা রান খাংন ঙম্লক্কতুনা নীংতমখরে। অতুবু মমাবুদি খনখিদ্রবোইদো। চাদ থক্করগী রাজরবী, মশা ঙমদবগী তুরিং তুফা চল্লবী, মথরাই য়াউদ্রবা মচাবু উরগা করম তৌরগবা? করম্না তাইবং লমজাউসিদা, মথস্তা ঙায়রবা পুন্সিবু মথুবাক্তা হাপ্তুনা হীংিংখিগবা? মপূরোইবা কাঙ্গনাখিবগী মৈচাক কোকপা ঙমদ্রি। অতু-গুম্লবা মীওই অতুনা নীতিগী থম্মোই মীংশেলগুম য়েংতুনা লৈজরাম্লবা মচাবু মতম্বাক্তগী শেৎতোক্তুনা পুবীথ্রবদা করম্না পুন্সিবু মুংশিরকখিনি? মচান হল্লক্লগা চামিন্ননি থোংতুনা থনম্লিবা চকেমগী চৌত্রী খরহু করম তৌগবা? লাঙ্গৈরবী মমা মচা নত্তনা অদুগুম্বা চাক চাবিনবা তাইবং-সিদা অতৈ কনা লৈরমখিগদরা? মপামগী মতেংনা খুদোংথিবা কয়াদগী নাম্থোকপা ঙম্লিবা মহাক্না করিগী লাইরশংদা অয়ো নাহেন্নি? ফদি-ফরা খরগা শান্নতুনা পুন্সি লেম্বাতুন. খ্বায়দগী মুঙাইবনি লৌথ্রবরা? চাউখৎলবা

সমাজসিদা ছুয়ান্দুনা লৌনরি, নমথাক তৌদ্রু হীংনরি, মসিবু ফংত্রবা লমচংলা? তাইবংগী ময়াম্না পাম্নব্রিবা অদু চাগংলবী মহাক্না কন্নিগী য়ানিংত্রিবা? মীনোক চাউরবা তাইবং ঈপাকসি পাপকী লৈফম নত্তনা অতৈ কনাগী চংজফম লৈ:তে খনখ্রবরা? অদুস্নু নত্তদুনা মপুরোইবা লৈখিত্রবা সংসার-সিদা হীংদুনা লৈবগী মথৌ তাদ্রে নীংখ্রবরা? নোংমদি জীবন্না হায়খি—"লতা! নংনা ঈনাক্তা লৈরিবামখৈ অরা-অনা লোইনা কাউথোকপা, ঙম্মী। তৌইগুম্বস্নুং নংনা লৈত্রবদি ঐসে ঈথন্তা ঙায়বগুম তরক-তরক ঈমুং নুংঙাইতে, লৈফম থংদে।" মদুবু লতান কাউবা ঙমদ্রদুনা মথন্তা থ'দোকখ্রবা মপুরোইববু রারম্নগনি খন্দুনা মনাক্তা চংনবগী লম্বী থীরম্লিবরা? মালংবা মাস্নু পাউতমখিদ্রে।

মফম ঈথং থংহৌদনা ঙমশম ঈফা-ফা, হায়রং-হায়রং অঙাউবীগুম চেল্লক্লে লতা। মমা লাক্লে,হায়দুনা লোইনা হন্দোক্লখি। হকচাংদ শরুতনা কাউগংতুনা জগোয় শান্নব্রিবা লতাগী ফীভম উবদা মপী তৈথোক্লবা কয়াস্নু ময়াউরকখি। থাউ তৈগনি থংখিত্রবা মশমদু চুগচাক মকোয়গুম্না পুমঙাং ঙাংখিদুনা জটা তাশিনখ্রবনি। য়েংবদা অকিবগী মশক ওইরক্লি।

মীওইবগী মশাদ করিগুম্বা ঈরাং অমনা লমথেক্তুনা থমখ্রবদি মশাবু য়াম্না কেন-মৌন শেম শাদুনা লৈনিংই। ফজবতনা মাগী শরুক ওইনিংই। তৌইগুম্বস্নুং ঈরাংনা

করিমত্তা চুশিন্না ঙমদ্রবদি করি তৌরুগবনো খন্দোক্তুনা ঈহৈতা হৈনিংদে। অদুত্তা নত্তনা মশাবু থৌশারক্তবদগী লৈখা তাখিবা খংহৌদে। কান্নদ্রবগী মকমদা লোৎতুনা লৈ, মীওইবগী আশা অমস্থং কল্পনা। মতুগুল্লবা আশান ময়োল চীকথংখ্রদা মপুন্সিগী নুমিৎ চায়রক্লে মখংনরি।

উত্তপকুম তাব্বিবা ঈ থাংদ্রবা শরৎকী মচাহু ব্রাখ্রনি হায়দুনা তপ্পা তপ্প মতম্বাক্তা কোনখৎপীরকই। চীংনা-চীংনা যেংলগা হন্না হন্না মকোক্তগী নাম্ববীরকই। থবেৎ থবেৎলবা খোঙ্জেলনা মশাবু হৌদোক্লকই—"ইমাগী ইবুংঙো অপিশক! হৌগৎলো ময়দা চৎলসি ইমাগা। নংগীদমক্তা চাক থোংহুনা থনম্লবনি। চামিন্নকরশি হৌগৎলোনে। নংদি করিগী তুমহুনা লৈরি। তুম্নিংলগা ঙশায়না ইমাদ তুম্নিংলে হায়বা যাদবা? ইচাদি চরা অহুম শুরক্লে চারক্তিবা। ব্রাবরিগনি চৎলসিনে? অদুক পীক্লিবা নংনা চাক চাদনা লৈবা ঙমত্রা? তুমহুনা লৈরগা চাক লামবা ফবা হৌনদে। ওঝাশিংস্থ ননাক্তা লেপ্পুনা নংগী নতৌ য়েংলি—ঈকায়দরা? হৌগৎলো হাযবানিসে থেংলে। হযেংমখৈ ইমান অমুক ফুররোয়, চৈররোয। নংনা স্কুল কাব ঙম্লোয় হায়খিবহু তুম্নিংহুনা তৌরম্লিবোইরে। ইমানদি খংদবনিনা লাইরিক তম্বা চৎহৌদ্রগা শোংথহৌরগদরা খন্দূনা ঙাংলুবনি। অদুক য়াম্না তুম্নিংম্লিবা নংনা ওঝাদ হাযরগা লাকপা যাদরা? ওঝা হ'যবহুদি মপানি। মপাদ মচান হায়জ-হংজদনা কনাদদি

চংজনি। করিগী হঙ্গোইরুরি। থেংখ্রনি ওইনরনু। নং লাক্লগা পুন্না চামিন্ননি হায়দুনা ইমাস্থ ঙসাইদগী নংবুতা থোক্ত্রনা য়েংলম্মীবনি।"

লতা মচাবু হন্না হন্না চুপতুনা মথাদ কোনশিল্লে। কাযখ্রবা মীংশেন্না শমজিল্লু য়াদবাগুম লাপথোকখ্রবা শরুংকী মথরাইনা হঞ্জিল্লকনি খনখিদ্রে।

লতাগী খোঞ্জেল অমদি মীকপ অতিয়াথকী মালংদা তিনখিদুনা জীবনগী মনাকোং য়ৌখ্রমাল্লে। লাইরৈবাক্তগী যেংবা ঙল্লক্ত্রদুনা মুংশিজরবী মনেমচাবুস্থ লৌশিন্থিগে খনখ্রবোইদো। অদুক য়াম্না কৌবা নোম্বদা মতাখিদ্রবাদুদদি ঙসাইমথৈ মশা ঙমহৌদে হায়বগী রাদুনা তৌরিগনি খল্লম্মীবী লতা থোইনা মীপাইরকখি। শরৎনস্থ মহাকপু থাদোক্লম্মে খংলবদা খান-খান চাগদবাগুম য়েংঙকই। লতান মতমদুদা নৈরম্লিবা কনাবুস্থ তুচুংখিদ্রে। মাগী মতৌ উবদা মখোলথোক্লা কপ্পা লাউনবস্থ মযাউরকখি।

উপায় লৈতরে খংলবদা মচাবু মুন্না য়েংলগা তেংথা-জরকই—"ইমাগী ইবুংঙো মুংশিবা! স্কুলদা অমুক চৎলগনু হায়বসি নংদি তাখিদ্রবোয়। ইমাবু তাইবং লমজাউসিদা ঈতোমতা লংথোক্লম্মগা নপাগী মনাক্তা শাউদুনা চৎলম্মবোইরে। মপা নিংবা ইচানি হায়বা ইমাদি নহানমথৈ খংলমদেদনা। য়াম্না রাররিগনি, ইমাবুস্থ পুরোইদরা?, থম্মোইগী মণিও! করিস্থ খংদ্রিবা নংনা

করন্না নথন্না. চৎকনি? কিরোইদরা? ইমাস্থ নতুং ইন্নবক্কে ঙায়রমখো। ই৺ান তাইবংসিদা হৌংলম্বদি নহাক্কবু য়েংবদনি। নং৺া লৈত্রেবদা ক৺াগ কদাইদা কৈরুনি? লোয়না হাংলবনি। ঙহাক্কগা ঙায়রমখো ইবুংঙো! ইমাস্থ লাক্নে।"

লতা মচাগ লোইননা লৈমায়থক্তা রাম্বত্না তাখরে। অমুক মীকপ থোক্লক্কনি খনখিদ্রে। ময়ামদি মঙ তম্বাগুম্নি। লেম্নৈ ঙান ঙায়োম্বগী থুম্মোক ভায়রুক্তা লোংনা ইতিং-তিংনা তাদুনা লৈবগুম পুন্সিগী য়াহিপ তাম্লম্মে। লফু মতুপ্পা মোনখাংনবিগুঁ লতাগী মপান মচা-মশু অনিবু উন্নখিনি লাক্লম্মী।

থম্মোইশেংলবা মমা মচাগী হকচাং পোলাং শিংগী কারক্তা লোৎতুনা লৈখরে। রায়-রাদে অমুক হায়খিদ্রে। ঙসাইমখৈ হন্নাউনা ঙায়রম্নিবা মৈরাতু মনিং তম্নকখি। রাংলবা অতিয়াতম্না কারক্লম্নিবা মৈরিতু, য়োবা ঙম্নবোই খংলতুনা মহনকমদা হক্তিনখরে। মৈতাল অরাব থরনা লৈমাংথক্কী ঈফুল মরক্তা ওন থোয়না খাংদুনা লতা মমা মচাগী মোংফম্নি তাক্লবা লৈহৌরি। অদুবু মৈথু থরাদ অতিয়াথক্তা পায়রিবা অকুংবা নোং মপৈ কয়া নমথেক্লুনা মনিং তমখিরম্মী। লতা মমা মচাগী পাউং তম্বা শোইদনা চৎলিগনি তাইবংশেম্বা মহাক্কী মনাক্তা।

খাংউথক্কী শীঙেল নাচোমনা লৈমাযথক্কী ঈকুল্লক্কা মচোয় মচোয কেন্দুনা তাবগুম পুন্সি মজোল লোমদনা খাংউথক্কা কেমখ্রবা পুন্সি কয়াদুগী থরাইনা লৈচিন নোংফাই মরক্তা অনৌবা শায়োল লৌখ্রবনি। মদুনা মখোইগী মুংঙাইবা হায়বদু ওইররিগদরা? তাইবং ঈপাক্কা আশাগী হীরেন তোংদুনা কল্পনাগী সমক্র লাল্লিংখিবনা অরা অনা কযা থম্মোইদা লোংশিল্লগা নুংঙাইবা শাক্তিন্নদুনা লেনখিবা মতুগুম্লবা স্মৃতিশিংদো নীংশিংলমখিগদ্রা?

মীওইবনা শিখ্রগা থরাইদিংদা কোইনা পায়দুনা লৈ। যেক্না তিংথংনা থল্লবা মীনোক চাউরবা সমাজদা চংক্ফম খংদ্রদুনা মালং ঈপোম মরক্তা নীংতম্না লৈকরগনি থনখ্রবরা? জীবন লতা অনিগী মথম্মোইনা লাপথোক্না লৈনিংখিদ্রবা পুন্সি অদুবু থুংলরিগদ্রা? শোযররোয জীবনগী মথরাইনা আত্মাগী নীংতমবা মিলনবু কাউবা ঙমদনা ঙায়রম্রিগনি। মদুগী উন্নবদা লতান তাইবংদা ফংখিদ্রবা মুংঙাইববু শরুক যারম্বা য়াই। অমম অঙান মহাক্তি লোযনা মথংলিবনি। অদুবু তমদুবরনিদকো..............




-ঃ✱ঃ লোয়রজরে ঃ✱ঃ-



মীৎয়েং তাবিয়ু ঃ—

মথংগী বারিমচা থুদোল

" মংগী চিরাং তান্নরিবৈ "

( ফোংদ্রিবা )



## অইবগী অতোপ্পা থুদোল

# 'ৱাখল মৈরা' (কৱিতা).

### অতৈদি ... .. .. .... .. ?

মতম কুইনা লাঈৱ-অনংগী কৈশুমশংদা পং-পুমগদোৱবা মশী ওইৱক্লবগী মতুং, অনৌবা ঈচেলগী অনৌবা শকলোন লোত্নৱা মযামগা শক খংনবা থোৱকদোৱ—পুংশি মৈগাক্লা ঙাউজৱবী, ৱাখলগী ঈপাক্তা তাউৱিবী, ফনেক থোইথা শেংলিংঙৈদগী থম্মোইগী অকুপ্পা মরোলতনা পুন্সিৱোল তম্বীব্ৰবী, অহুমশুবগী লৈকাদ তোএথিন শাংচবী, কোগোয় মিংলেন নীংথিবী—"মালবীকা"।

"কৱি? মালবীকা? মহুদি উপন্যাসকী মমিং নত্রানে?"

"উপন্যাসনি হায়ৱসিৱা? ঐদি মী অমনি হায়নবা, ময়াম্না থৱাই হাপ্পীনবা, তাইবং লমজাউদা মদোম থাদোকচগে তোৱবনি। হায়দোকপীনু ঈকায়ৱে।"

অইবা——